# 'মাধবী'

## [ সামাজিক প্লে ]

"লিলা অসিদা অচঔবা মা"

নুপা—

১। শেখর— কুঞ্জগী মপা ইনাকথুনবা নুপা।

২। দুর্গাস্না— বিমলাগী মপা ইনাকথুনবা নুপা।

৩। সেতু— বিমলাবু পামজবা দুর্গাস্নাগী মরুপ ( পাখঙ )

৪। ভুবন— সেতুগী মরুপ পাখঙ।

৫। নয়ন— মাধবীবু য়োকপা ভিক্ষানিবা

৬। কুঞ্জ— বি এ পাস তৌরবা শেখরগী মচানুপা পাখঙ

৭। ইনস্পেক্টর—থানাগী অচৌবা অমা।

৮। পুলিস ২— মীকা-মীপুনগী থবক তৌবা

৯। লৌউবা ২—

১০। বামোন—

নুপী—

১। মাধবী— দুর্গাস্নাগীময়াম্বুংগী মচা লৈশাবী।

২। বিমলা— দুর্গাস্নাগী মচানুপী লৈশাবী।

৩। লৈশাবী— ১/২



লাইরিক অসি কোঙলোক্লবগীদমক মণিপুর গভর্ণমেন্টনা লুপা খরা মতেং পাংবি। মসিগীদমক মণিপুর গভর্ণমেন্টবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

কোঙজবা :—



শ্রীসলাম কিশোরচন্দ্র সিংহ

হেড প. ওভ—নং ৬, কোইজিং স্কুল

নম্বোল।






[ সত্ত পুস্তক অকোওবগীনি ] [ মমল লুপা ৩

# মাধবী

## ১বা অঙ্ক

### ১বা উৎপা= "শেখরগী যুম"

( শেখর গোবা ১দা ফমদুনা রাখল তোদুনা লৈরমই )

শেখর— তাখা দুর্গস্থানা, মাগী মচা ইবেম্মগা ঐগী ইচ' পুক্কগা পুক্তো সি হায়না ভকশিল্লকপনা ঐহাক খুম্ফম খণ্ডত্রে। মাগী মচ'নুপীনা ঐগী ইবেন ওইজবদি, হৌবাইবক্তুম কদনি। অদুদা মাগী নোঙ্গাঙ্খবা ময়'ঙ্গুং ইবুংভো নবকিশোরবু নিঙ্শিং'লুবগা, ঐহাক্কা থম্মোইনা ঙহাক্তা তপথনা হৈংনা লৈবা ঙমদে। ঐগী নুংশিরবা মরুপ অদুনা মোমো'ন মোমোন নোক্তুনা, মরুপ ইবানিগী নুংশিনবা অদি পুক্ষ অসিমগী ব'য়নদনবা নচা ইচ পুক্তোংগী নিকে হ'য়খিবা, ঐনু কবম কাউসিগে, অদুগা ঐহাকস্তু ক্ষত্রিয় ওইনা পেল্লগা সতা তোঁদুনা থাশবত্রবা রক্ষম অদুবু করম পুগাইসিগে রাঠোর. তা কৃষ্ণ ক' উপায় তোঁসিব্বা—।

( ভাইহাক থল্লগা ) করে ঐগীতা য়েংব য়াদ্রে, মম মণক খড়ংজৌদ্রবা ঐগী মর'ইবক থীবা হচাগী মুংঙাইনবা তৌরগে

মমা মপা লৈত্রবী নবকিশোরগী মচা মুপীগী আশা থাদোক্লুনা মাখ্বা দুর্গম্নাগী মচাম্নুপীগা লুহোংনবা তৌরগে।

( দুর্গম্না চঙলকপা )

দুর্গম্না—তাইবুংঙো করি রাখল তৌবিরিবনো ?

শেখর—মাখ্বা, চৌকি অসিদা লেঙশনবিয়ু।

দুর্গম্না—য়াম্না ফগনি তাইবুংঙো, ( চৌকিদা ফম্বা ) তাইবুংঙো মচা মুপী পোকপা ঐথোয় অসি ওম্থোক্লা রাখ্রে। মথোয়গী লুহোং-খোংদোংবগী মতম খজিক্তা হেনখিবদা, মীগী মীনোক চঙজিদো, মরম অসিনা ইচানদি চাউশিল্লকপা অসিদা ঐহাক তৌকম খঙদরে তাইবুংঙো।

শেখর—থোইদোকপা মুংঙাইতবা তৌবিগনু ইবুংঙো মা নচা ইচা শোয়দনা লুহোংগনি অদুদা ইয়াম্বনা খঙনিংবা রা খরংদি···।

দুর্গম্না—তাকপিয়ু তাইবুংঙো—।

শেখর—অতৈ নত্তেদা, নয়াম্নুংনা পোক্লম্বা নচা ইবেম্মা অদুবু হৌজিক ফাওবা মকম মরাং ইথঙমক ওঙত্রব্রা ইবুংঙো—।

দুর্গম্না—তাইবুংঙো, ওম্থোক্লা মুংশিত্রবা ইয়াখনি। অদুব য়াম্নুংগী পুন্সি শরা তেল্লকপনা মনাও ঐনা সেবা তৌবা ফংদ্রে। য়াম্নুং লৈত্রেগনু যম্নুংনা পোক্লম্বা ইচা অদুতদি ঐনা পোকচবা ইচামক্তা চপ মান্নবা যোক্কে খল্লম্বনি। অদুবু ফজ্রবা য়াম্নুংগী মনাই, নয়ন হায়বা অদুনা ইচাবু চরান্দুনা পুখবদগী

ওসি কাওবা অরেপ্পা মক্কম খণ্ডদ্রে, তাইবুংঙোনা অঙাং অসিগী মরমদা অশুক কুপ্পা হংববু করি মবমগী নো।

শেখর—ইবুংঙোস্না মতম অমদা নয়াম্বুংগা ঐহাক্কা ইচা ইচা লুহোংবিসি হায়দুনা থাশকনখি মরম অদুনা ওসি ইয়ম্বনা নয়াম্বুংগী মচাগী খোঙগুন লৌরকপনি।

দুর্গম্মা—হায়রিবাসিন'দ য়াম্বুংগী মচা অদু কংজ্রিবমথৈদি ইবুংঙোগী লুহোং খেংদেংবা তৌখিরোই অসিরা তাইনুংঙ ?

শেখর—নত্তে, নত্তে ইবুংঙোস্না অদুগী ভাব নত্তে। শিবা চঙবা মক্কম খণ্ডদ্রব নয়াম্বুংগী মচা অদুগীদমক্তা করিগী আশা তৌদুনা লৈক্কম লোকপগে।

দুর্গম্মা—অদু হায়যুদনা, তাইবুংঙো কলিদবু সত্য কায়বগীদমক কবিগী অদুক কিকম থোকপগে তাইবুংঙো। কলি হায়বা যুগ অসিদদি মচুম্বা চংপা মী অমত্তনা থক মুংঙাইবা যাদবনি। অরানবা চৎলগতা পৈশা লৈবনি, ঈংনা মুংঙাইনা পানবা য়াবনি। অদুনা তাইবুংঙো ওসি ননাওনা তাকচরিবা মন্ত্র অসি থক কাউবিগনু।

শেখর—ঐহাক লোইনা খঙলে ইবুংঙোস্ন, অদুবু লুহোংবা অসিগী মরমদা করি করি ইচিন হনাও তাপ্পসি হায়বগে ?

দুর্গম্মা—ঐগী ইচ বিমলাসি চাউশিল্লক্লে। মরম অদুনা ননাওদি থরা থুনা পামলে তাইবুংঙো।

শেখর—ইবুংঙোস্না হৌজিক্কি ঐখাকস্ত থুন হোৎবা পামলে, নহাল মথৈদি মহাক্কী মহৈ তম্বতদি লোইহনখিগে হায়দুনা

খাঙডুনা লৈরবপনি, হৌজিক্তি মহাক্কী মহৈ তম্বা লোইরে বি-এ পাশ তৌরে অহুনা হৌজিক্তি ঐগী থোইনা বেবা লৈত্রে।

দুর্গসনা—কয়ে অদুদি তাইবুংঙো ইচিন ইনাওগী শেল থুমগী লোইথোররসিদনা।

শেখর ইবুঙেস্ন কয়া পীযু হায়বিবা।

দুর্গসনা তাইবুংঙো ঐগী চা অসি মরক্কী লৈম সিজ ন.গু. অদুগ মহাক্কা হেক লুকোংবদ নচ ইবুংঙোস্নু উপাধি অনৌবা অমগ কংগদৌবিবনিদো।

শেখর—করি উপাধি?

দুর্গসনা—হেক হোইবগ "তাঙাং" হায়বা উপাধি মচা অমা শোয়দন কগদৌরিবনি।

শেখর—হ-হা হা, "তাঙাং" হায়বা উপাধি অসিগী মমলদি কয় লৌনগে হয়রবা ইবুংঙে স্না।

দুর্গসনা—তাইবুংঙো লুপা লিশিং অনদদি পীয়ুদনা!

শেখর—লুপ লিশিং অনি অদুদি থিৎ য়াম্মল্লিদনা ইবুংঙোস্না।

দুর্গসনা—তাইবুংঙো কয় পীবগে হায়রিবব?

শেখর—ইবুংঙোস মচৌনগী মচৌ নত্রে লোজিং লৈশস্ন য়াম্না তাঙলে অদুবা লুপ লিশিং অমদা নচ. ইচা লুগোনব তৌসি কবি হায়নগে ইবুংঙে স্না?

দুর্গসনা—অদুক য়ম্না পঙব থিনবা য়াবা মকম থোক্লে ত ইবুংঙোনা অসুম কৈ হায়বা অদু মঙাই, য়ারোবিবদি

য়াদেকো তাইবুংঙো, লৈমা শিজ্জনিনা পৈশা ইলৌ লৌঈ্র- বদি লৈবাক্কী চৎনবী অমতং কায়রা হায়জুনা তৌজবনি অদুগা মতম অমতংগা লেপ্পথোকসিদনা ?

শেখর—ইবুংঙোস্না পাঞ্জি য়েংবিরগা অকবা মতম অমা পীবিবদা ঐগী থোইমা বেরা লৈজদে।

দুর্গস্না—অদুদি ঐহাক হনজরগে, হৌজিকমক পাঞ্জি য়েংনবা থোরাং তৌজকরগে। ( হৌগৎপা )

শেখর—যায়া ফরে লেংলো ঐহাক অস্তুম লৈজহৌরগে।

**Light off**

## ১বা অঙ্ক

### ২শুবা উৎপা—"লক্ষ্মী"

( মাইকৈ ১দগী দুর্গস্না চঙলকপা অদুগা অমদগী সেতু চঙলকপা )

সেতু— (খুরমজুনা) স্নাথ্', কদাইদা লেংগদৌবিবনো ?

দুর্গস্না—ঐহাক পাঞ্জিনীদা ঙ ইহাক য়েংগে।

সেতু—কবি মরমগী ওইরবনো ?

দুর্গস্না—হেরা ঐগী ইচা বিমলাদো লুহোংবা তারে। অদুনা পাঞ্জিদা অকবা মুমিৎ অমতং অদুক য়েংলুগে হায়দুনা……।

সেতু—কনাগা হোংবা তারবা ?

দুর্গস্না—বর অদুস্তু ফবা মকৈ মশাস্তু বি-এ অম'নি, হেরা শেখরগী মচানিপা কুঞ্জ খঙব্রনে ?

সেতু—নমাই ঐহাক খঙজৈ মাধ্বা, হন্দকী বর-কন্যা অসিদি ওন্থোক্না জুৎ চাখ্রেদা, মাধ্বা, লৈমা শিঙ্গী মমলদি মখোয়না কয়া পীগে হায়বগে ?

দুর্গস্না— য়াংদেদা সেতু, লুপা সিংশিং অমতংদি মখোয়না পীগে হায়রি— ।

সেতু— মাধ্বা, পৈশাগদি ইবেম্মগা মপা থিং চাকাংখেদা ( ঙাইহাক থল্লগা ) মতাং অসিদা কনাই ওইনা রা অমতং হন্দংচবা য়াগদ্রা মাধ্বা ?

দুর্গস্না—করিগী য়াদনি সেতু, হায়যু ।

সেতু— হৌজিক য়েংদ্রিঙৈগী মতম অসিদা কনাগুম্বনা সিংশিং অমদগী হেন্না পীগে হায়রবদি মাধ্বা মা বুদ্ধি তৌবিগদ্রা ।

দুর্গস্না—করিগী তৌরোই ; পৈশাবু য়াম্না পীগে হায়বা মী লৈরবদি ইচাবু লুহোং ফান্দগী ফাওবা চিংথোক্লুনা মীশক অদুদা শোয়দনা হোংগদবনি ।

সেতু— হ'—হা—হা—অসিনা ওইরে মাধ্বাখোই ঐখোয় অমুক লুনা তিন্নরিবসি পুকচেলদি ইপু ইনাই ঐখোয় ওন্থোক্না যাম্নখ্রেদা ।

দুর্গস্না—পুকচেল তিন্নবা অতুমবু ঐহাক্না নঙথোন্দগী চহি হল্লবসু ঐখোয় অনি মরুপ ওইনা লোয়নরিবনি । ফরে সেতু লৈহৌরো ঐহাক পাজি ঙাইহাক য়েংকখিগে ।

সেতু— য়াম্না ফগনি মাধ্বা

( দুর্গস্না খোঙকাপ ৪/৫ থাংলুরগা অমুক হঙ্গিন্দুনা )

দুর্গাম্মা—য়েংঙোই সেতু, নহাক্না থগুলিবা অদুমগাই নঙোন্দগী হেন্না চান্নবা মী ঐহাকী অতৈ কনাম্মু লৈতে। মরম অদুনা হন্দকী লুহোংবসি মগুনা থন্না থরাই য়াওনা হোৎনজ্রবদি........................।

সেতু— করি য়ানো মাধবা! মাধবাগী থবকপুদি ননাই ঐহাক্না হোৎনদ্রবদি কনা লাক্কনা হোৎনবিগদগে—।

দুর্গাম্মা— অদুদি সেতু ঐহাক গুহাক য়োক্নখগে—।

(দুর্গাম্মা থোকখিবা সেতু মিৎ থানা য়েংদুনা লৈহোবা)

সেতু— দুর্গাম্মা, নহাক পৈশা থন্না পায়রগা ঐহাকপু কাউরমাল্লে ঐহাকী ইতেংদগী নম্মান্বা অমম্তুং নতৈমবু তু পীজদুনা হাৎতোক্লগা, গুসি ক্ষাওবা কনাবুম্তু থগুইন্দনা নহাক্না উংনা পাল্লিবনি, অদুগা ঐহাকম্তু তুংদা নঙোন্দগী য়াম্না কান্নবা অমা লাকপা যাউ হায়দুনা পাপকী থবকশিং অদু করিম্তু অকিবা তুজুংবা লৈতনা পাগথোকখিবনি। অদুগবু লুপা লিশিং অমগী আশানা ঐহাকপু হন্দোকলমগা শৌজিক নহাক্না বিমলাবু অতোপ্পা নিপা অমদা লুহোংখিবা ওইথোকতবা থবকনি। ঐহাক্না হিংলিবৈদদি বিমলা কনাগীম্তু ওইবা য়ারোই বিমলাদি ঐহাকী শোয়দনা ওইগদবনি। (ভুবন চংলকপা)

ভুবন— সেতু ভাই, য়াম্না অরাব ক্ষিবম ওইনা উববু করি তৌরবগে?

সেতু— ভুবন, ঐহাক ওসি করিগুম্বা রা অমতং নিংশিংলুবদা পুক্নুং অসি কয়া শুংঙাইতে।

ভুবন— হায়যু ভাই নওবু কনানা লাকচবগে? হৌজিকমক মকোক অড় থুগাইরগা মতিক চাবা লমন থুমগদবনি।

সেতু— তপংখো ভাই ঐহাক হায়গে অতৈদি লায়রি করি পুন্সি তৌরক্লনা নহাক্পু ঐনা মরুপ ওইনা কংজরুবা—।

ভুবন— হায়যুনে ইতাও, কনা হাংলু হায়বগেনে?

সেতু— ভুবন ভাই, হাংপা: খোংপগী রা অদু তোকখো, অরুবা রা অমা ইবানি তায়দবা য়াদে

ভুবন— করি রা'নোনে ইতাও?

সেতু— হেরা দুর্গাস্নাগী মচানুপী বিমলাগী ময়মদনি।

ভুবন— দুর্গস্না'না বিমলাদি নওনা মতেং পাংবীবগীদমক পী'নি হায়খ্রবদাইনে—।

সেতু— ইতাওদস্ম হায়খ্রে। অদুবু হৌজিক্কি লুপা লিশিং ১ লৌয়গা মী অমদা লুহোংথিগদৌরে অদুনা ঐহাক ওস্তোক্লা শুংঙাইরে—।

ভুবন— অদুদি ইতাও করি তৌনি হায়বগে? নহাক্লা অপাম্বা অমা হায়যু হেক্তা ময়ুমদগী নমদুনা চিংউ হাযবরা?

সেতু— ইতাও! মদুমকম্ম হেক য়াবা মতাং খোক্তে ময়মদি দুর্গস্না হায়বা অসিস্ম কনা লুনা তিম্নবা মরুপনিদো, অদুনা ঐনা পাম্বদি অহানবদা ইক ফজনা লুহোংবসি থুগাইনবা লাকনবা মতুঙগীনা মতুঙগী থোকপা লাক্কনি।

ভুবন—অডুবু, করম তৌসি হায়বগে ইতাও ?

সেতু—য়াম্না লায়বা উপায় অমা লৈরে।

ভুবন—করি উপায়নো হায়গু।

সেতু—ইতাও বিমোলাগী বর ওটংদোরিবা নিপা অসি য়াম্না জ্ঞান লৈবা বি, এ অমনি। মরম অডুনা ঐহাক্না খনবদি, মঙ্গোন্দা থাইনগী রাবা হায়বদি মহাকী মপাগা দুর্গম্নাগী ময়ুম্দুংগা মচা লুহোংসি হায়না রাশকনখিবা অদু মঙোন্দা চেক থঙহন্‌বদ মপাগী রাশকপা ভাকনবগীদমক মহাক কৈদোংদৈদম্তু লুহোংঙ, হায়বা য়ারোই। হায়রিবা অসিবু পাঙথোকপা ওন্নবদি চেকুস্তু তেকত্রে, অদুগা লিনম্তু শিরে।

ভুবন—অদুদি ইতাও এহাক মঙোন্দা রাসি চৌজিকমক চৎতুনা হায়রুগে। (চৎকে তোবা সেতুনা ফাবা)

সেতু—ভাহথোনে ওত ও, নহাক ঐহাক্না হায়বদি মহাক্না থাজবা থরা রাৎকনি ওডুনা কনাবু হায়হনলুসিগে, অকবা মীতা অমা থম্লুনে।

ভুবন—চের ইতাও ঐহাক চৎকেদা, মহাক্না থাজরগা থাজবগী থবক তৌগনি। অদুগা থাজত্রগা মওক অদু কোক থদং লগা লোইরে, মওকপু য়াওদ্রবদি লুহোংবদি হায়বংনু মুংশাশোর ফাওবা হোল্লরোইদবনি।

সেতু—ভপুথখো ইতাও, অদু তৌবা যাদ্রি, অদু তৌকরবদি অরেম্বদা লৈবাক মরাং হৌরগনি লৌশিংতানা থবক অসি পাঙথোক্নবা তৌহৌসিনে ইতাও।

ভুবন—হেরা ইতাও নঙ অসি খিৎ পাঙমনখিদরে ( মাইকৈ ১দা য়েংবদা ভিক্ষুক অমা উডুনা ) ইতাও আদা ভিক্ষুক অমা লাকলে।

সেতু—( ভিক্ষুকী মাইকৈদা য়েংলগা ) য়ম্না করে ইতাও ভিক্ষুক অসিদা পৈশা খরা পীরগা চায়ৎনলুর'স। ( নয়ন মকোই মরাং ইচোম চোমনা চঙলকপা )

নয়ন—পৈশা অমত্তা পীযূবা ইবুংঙো বাবু ( নিবা )

সেতু—ভিক্ষুক, পৈশা অমতা, নত্তে য়াম্না পীগ'ন নঙ ঐন চায়বা রা অমা য়াগত্রা ?

নয়ন—পৈশাবু পীরবদা য়ারোইদবা কনা লৈবগে, ইবুংঙো বাবু অডুবু করম্বা খবকনো অমুক্তা চান্না চায়বিয়ু।

সেতু—( লুপা লোথোকতুনা ) সে লুপা ভবা অসি লো, করিগুম্বা লৈবা খবক নত্তে। মী অমদা পাউ অমতা চায়রুগা লোইরে, করিগী লোয়রি, লোনেসে ভিক্ষুক।

নয়ন—মবম অদু অমুক্তা চান্না চায়বিখো, ঐহাক পৈশা কোম্না লোজগে।

সেতু—মী তাবা যাবা রা নত্তে, নণাকোংদা লেপ্না চায়গে। (ভিক্ষুকী মণাকোংদা চায়বা )

নয়ন—হা-হা-হা-অসিদি য়াম্না নুংঙাইবা পাউনিনা ঐহাক হৌজিক-মক চৎলুগে। ( চৎকে তোবা )

ভুবন—ঙাইখো নহাক কুঞ্জ চায়বা অদুদি মশক খঙত্রা ?

নয়ন—করিগী খঙদনি ঐহাক্কি যুমথোং ২ থুদিংদা ভিক্ষা নিবা

চাকনিবনি ঐহাক চৎলগে, পাউ অসি তমনিংবনা লোইরে ।

( চৎকে তোবা )

সেতু—ভাইখো পৈশা অসি লোখো ।

নয়ন—পৈশা লোখো হায়বা ! ( ভাইহাক খল্লগা ) কনায় পৈশা অত পীরো ( পৈশা লোবা ) অহুদি ঐহাক চৎলগে ।

( ভিক্ষুক নোকতুনা চৎখিবা অনিনা য়েংতুনা লৈহোবা )

**লাইট ওফ**

# ১বা অঙ্ক

## ৩শুবা উৎপা—"কুঞ্জগী যুম"

( কুঞ্জনা চৌকি অমদা ফমদুনা রামায়নগী রামচন্দ্রনা পিতৃ সত্যগীদমক বন চৎলমদাই মতাং পারমই )

কুঞ্জ—( লাইরিক পাবা ) ইমা কৈকয়ীনা ভরতপু নিংথৌ ওই-হননীংবদগী রাম ঐবু চহি তরামরি বন্দা থানবগী পাবুং মহারাজগী চরন্দা বর নিখরে। ক্ষেত্রিগী হোংবা য়াদ্রবা রাশকখিবনা পাবুং মহারাজনা মিত্তা ইরা চেল্লগা। ইমা কৈকেয়ীবু য়েংবা নত্তনা খোন থোক্লা মতিক চানা পাউখুম অমতা পীবা ঙমদরে। হৌজিক রাম ঐহাক্লা তোংগদবা করিনো মচা ঐহাকপু মিংকুপ অমা ফাওবা থাদোকপা ঙমত্রবা পাবুং মহারাজদি ইমাগী তমথিরবা রাইহে

অদু মচা ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈদস্থ হায়বা ঙমলরোই, মক্তে ঐহাক বন্দা চৎকনি গোলুক থাদোকতুনা মর্ত্তগী রাজভুগ কাদমক্তা ঐহাক মী ওইনা পোকলবা নত্তে ঐহাক্না মীওইনা পোক্লবদি মীওইবগী অরানবা খিবিক অদুবু চুমথোক্লগে হায়বগীদমক্ত'ন। মনম অদুনা আযোধ্যাগী রাজসিংহসনবু ইনাও ভরতা পীরমলগা পিতৃসত্য পালন-গীদমক ঐহাক উকু শেৎতুনা জোটা পুরগা চ'হু তরা'মরি বন্দা চৎকনি।

( off scene দগী হায়বদি শুমাঙদগী ভিক্ষুক নয়ন ঈশৈ শকলকপা )

## ঈশৈ

চৎকনি বন্দা চহি তরামরি।
পিতৃসত্য ঙাক্কনি ঐনা।

(বুঙ্গনা ঈশৈ অদু য়াম্না মুন্না তারগা থোঙজিন মপাল ফাওবা থোকতুনা ভিক্ষুকপু চঙলকউ হায়না কৌবা)

বুঙ্গ—মহাশয়, লাও, চঙলকউ অসিদা, নহাক্কী ঈশৈ অদু ঐহাক অমুক্তা মুন্না তাগে, ঐহাক্না হৌজিক পাবা লাইরিক অদুগা নহাক্কী ঈশৈ অদুগা ভাব অমতনি। লাও থুনা চঙলকউ করি অমতা হংগোইগনু।

( ভিক্ষুক ঈশৈ শক্না শক্না চঙলকপা )

## ঈশৈ

চৎকনি বন্দা চহি তরাৎমরি
পিতৃসত্য ঙাকনি এৈনা
পোলুক থাদোক্তুনা পোক্লরে মী ওইনা
নিংথৌ মচা ওইনা আযোধ্যাদা।
উৎকনি এৈনা জগৎ থুংনা
মপাগী মফমদা মচাগী শাজং।
উজরগা এৈগী বলীদান অহু
ফাংসনু ইফুৎ মীপুম তিংনা।

কুঞ্জ—(পৈশা লৌথোকতুনা) পৈশা অসি লৌসে মহাশয়, নহাক্কী ঈশৈ অসি ওন্থোক্লা হুংশিখরেদা।

নয়ন—(পৈশা লৌরগা) ইবুংঙো বাবু চুম্না হুংশিবিবনদি কায়দে ইবুংঙোখোয় জ্ঞান লৈবনা শ্রীরামচন্দ্রগী অসিগুম্বা ফিদম অসি থবক্তা উৎপীরগা অপঙবা এৈখোয়না তমজগদৌরিবরি।

কুঞ্জ—অচুম্বনি মহাশয়, শ্রীরামচন্দ্রগী কজরবা ফিদম অসি এৈখোয় মীওইবা থুদিংনা তমজনবা লাকনগদবনি।

নয়ন—অদুদি করিগী নো ইবুংঙো বাবু নহাক্না নপাবুংগী সত্য কায়হনগদৌরিবা ?

কুঞ্জ—(কিংনা) করি হায়নো মহাশয়! এৈদি ঙসি ফাওবা পাবুংগী য়াথং হিকতোকত্রিনা।

নয়ন—ইবুংঙোনা ভাকপিরিবহু অচুম্বা ওইরমবা য়াই ফরে, মরক অসিদা এৈহাক না অমতা হংজখিগে।

কুঞ্জ—করি য়ানো হায়বীয়ু মহাশয়।

নয়ন—কনাগুম্বা মী অমগী মপানা মচাগীদমক্তা ওরাং অমা রাশক্রে অদুগ ওসি অমা রাশক্রে অদু ওইরবদি ইবুংঙো বাবু, মচা অদুনা মপাগী করম্বা রাশকপু হান্নাও কনবা হোৎনগদগে।

কুঞ্জ—হান্নগী রাশকপা হায়বদি ওরাং তেখিবা সত্য অদু হান্না ছান্নবা হোৎনগ'ম।

নয়ন—অদু ওইরব'দি হন্দক ইবুংঙো বাবুনা লুহোংবীগদো য়র'স য়াম্না চুমদে।

কুঞ্জ—করম'দ ?

নয়ন—করমদি মঘাওঙৈদা ইবুংঙো নওনা চহি ২/৩ শুবা মতমদা নপাবুংনা মাগী মকুপ অমগা মচা মচা লু হাংবিসি হায়না রাশকনখি।

কুঞ্জ—কনাগা রাশকখিবা ?

নয়ন—হৌজিক ইবুংঙো বাবুগী নকু ইবুংঙো ওইগদৌরিবা দুর্গস্নাগী নোংগাখ্রবা ময়াম্বু ইবুংঙোগা।

কুঞ্জ—মহাশয় নহাক্তি পাউ অ'স করম্না খঙলুরিবনো ?

নয়ন—ইবুংঙো বাবু ঐহাক্তি যুমথোং ২ খুদিংদা ভিক্ষা নিদুনা চাবা চাকনিবনি, মরম অদুনা ঐগাক্তা খঙদবা তাদবা পাউ'দি অদুক য়াম্না পঙলৈ নৈরমগনি হায়না মীং'দে, ইবুংঙো বাবু য়া অসি ভোক্লাস, কলিদবু রাশকপা কায়বা কায়দবা কৰিস্তু লৈতে মরম অদুনা মম্বা মপা

লৈজদ্রবী লাইরংগী মুপী মচা অতৈগী আশা থাদোকতুনা ইনাকখুংবা দুর্গস্নাগী মচা সুপীগা লুহোংনরা তেবারা ঐহাকসু চংচরগে (ভিক্ষুক ঈশ শঙ্খ ২ খেৎ কখিবা)

কুঞ্জ—অসি চাকনিব অসিনা হায়রগনিরঃ অসিবু অচুম্বা ওইরি-গদ্রা, অসিন অচুম্বা ওইরদি অসুক কুইরবা মতম অসি বাবানা ঐবু তাহনদ্রিবা করিনো। ওসি রা অসি বাবাদা চংগে করিগুম্বা অচুম্বা ওইরম্ব থোক্রদি বরী অহানবী রাশকপ মচা ঐনা শোয়দনা ঙাকনি।

(শেখর চঙলকপা)

শেখর—ইবুংঙো লুহোংবসি য়াম্না নক শিল্লকপে নহাক্কী বরী বস্তু করম করম তোগদোরিবা চেনা তেংপদব ওইবরদি ছাপ নম-থোৎনবা থোরং তেবা য়ারে।

কুঞ্জ—বাবা বার্ত্তনগী রাসি কোন হায়জগে হৌজিক রা অমতা ..।

শেখর—করি রানো হায়রু।

কুঞ্জ—বাবা, মমাঙ্গৈদা সুখ্বা দুর্গস্নগী ময়াম্বুগা বাবগা নচা ইচা লুহোংবিসি হায়নখিবা লৈবরা? করি ২ হায়নখিবা লৈবগে?

শেখর—(ফিরেনা) কনানা হায়জনবনো ইবানি ইচা ২ লুহোংবিসি হায়জনা করি ১তা হায়নখিবা লৈতে।

কুঞ্জ—(মোমোন নোকতুনা) বাবা, অশেংবদি বাবানা কোকহাক্লে (শেখর লোম্না)

শেখর— চুপ্মি ঐহাক্কী মরুপ্ শোংবগী ইচনি চাওদুনা শিংবদি ঐতোন্দগী হেল্লবনিনা থুম্না য়াররোই অশেংবা হেক্তা হায়দোক্লগে (ফোংনা) চুমই মতম অমদা ডুর্গস্নাগী ময়ুংগা ঐহাক্কা ইচা ২ লুহোংবসি চায়দুনা মশকনথি। তদুবু ইবুংঙো থোইনা খল্লুরগনু ভূপেন্দ্রচা অদু মপা মমাগী লৈথিল্লে অদুনা শিবা চৎবগী মকাংগু থুগাইথিল্লে।

কুঞ্জ— বাবা হন্নক্কী লুহোংবসি ঐহাক ঙমলরোই।

শেখর— অদুগুম্বা য়াথং থনবা থোন্দে, ইবুংঙো হৌজিকপু অদুম্বা তৌরবদি মীগী মমাংদ ইপাদি শিরেদনা।

কুঞ্জ— বাবা অশেংবা চায়ঙুরবা অসিনি ঐহাক লুহোংবা ঙমলোই।

শেখর— করি, নহে থম্না তংজুরগা নপানা চায়বা থোশাদ্রবরা ইউ— উশিংতবা শাহদনা নঙনা হোৎনবা ঙমগদ্রা।

কুঞ্জ— বাবা উশিংতবা নত্তে, বাবাগী য়াশকপা তাক্লবগীদমক ঐহাক কৈদৌঙৈদসু লুহোংবা ঙমলোই।

শেখর— মপা নিংহেদা, মপাগী য়াথং থোশাদদুনা মপাগী চিন্থক্তা খুমলিবসি নহাক্কী করম্বা মপা মনিংনো?

কুঞ্জ— বাবা অহানবগী য়াশকপনা অহানবদা অদুগী মতুংঙগী য়াথংনা মতুংঙদা ইনজগনি।

শেখর— হায়মা মসিদি চান্না চয়রেনা হৌজিকপু ঐহাক করম তৌগদগে, লুপা লিশিং ১সু পীশনবা অদুগা থবক অয়াম্বসু লাংনরবা মতম অসিদা লুহোংবসি কররম্বা হায়দোক্কদগে, ঐহাক শিবনা ফরে।

# ১বা অঙ্ক

## ৪বা উৎপা—"লক্ষ্মী"

( মাধবীনচিংবী নুপী মচা ২/৩ ন্নাবুল ১/১ পায়দুনা ঈশিং শোক্তনা ঈশিং শোকপা কারকপা )

### ঈশৈ

লাইজ ঈশিং শোকলুসি ঙসি
চৎসি হত্তা চৎসি লাও।
য়েংউ চাংজৌ পারবা তুরেলনি
ঙংনা ঙংনা চেপ্তরি হচেন্না।
লাইজ থঙ্কা থোক্নি নুমিৎনা
শান্নরি হরাওনা ঙান্নু কাঙ্গা।
শিৎলি মলয়ানা লিন্নি লিন্নি
শাজরি জগোই ঈথক ঈরৈনা।

ঈশৈ শরু ২ তুরেল্দগী ঈশিং শোক্লগা ঈশৈ শরু ২ লাকপা )

ঈশৈ—লাইজ ঈশিং.........

(কুঞ্জনা য়াম্না অরাম থোরাংবগী কীবমদা ঈশিং ২ হায়না চঙলক্লগা ক্ষমথবা )

কুঞ্জ—ইবেম্মাথোয় ঐহাকপু ঈশিং থজিক্কা পীথকউবা ঐহাক ঈশিং থোরাংবনা য়া ঙাংবা থোক্ত।

১বা নুপী—থিং লোনম ভোবীয়গম্নু ইবুংঙো'। আঃ-তু-তুরেল য়াম্না নক্না লৈরে।

কুঞ্জ—ঐহাক লৌনম তৌবা নত্তে থাগৈশেংনা ঈশিং য়াম্না খোরাংঙনা হায়বনি করি তৌবগে ঈশিং থুজোক অমত্তদি পিথকউবা।

২বা সুপী—হেরা কান্নদে ইতা চংসি লাকও, লৈখাবীনা শোকখসু ঈশিং, ভুরেন্দগীসু ঈশিং করিস্ন খেংনবা লৈতে। চক্রি ঙোগে হায়ত্তুনা তৌরিবনি চংসি লাকও থেংখ্রে। (সুপীশিং অতনা খোঙকাপ ১/২ থাংলগা হন্না য়েংবদা মাধবী লেপ্তুনা কুঞ্জগা মুন্না যেনত্তুনা লৈরমবা উবা।)

১বা সুপী—করি তৌরিবনো ইতা, চংসি লাকওনে।

মাধবী—ঙাইঙাক্লা ঙাইখোবা ইতা নখোয় অমা ওন্থোক্লা কিংখ্রে।

২বা সুপী—যাদ্রবদি নগাক লৈজহৌরো ইতা, যুদ্দা চৈরমলগনি ঐখোয় চংলে। (থোকখিবা)

মধবী—(খোঙকাপ ১/২ থাংলুরগ) ঙাইখোনে ইতা চংমিন্নসিনে (ঙাইহাক মত্তাশিংগী মাইকৈরোমদা য়েংলুরগা কুঞ্জগী মনাক তান্না তপ্না ২ চঙবা) ঐহাকোদি থকপা য়াবা পাত্রদি য়াওজদরে। মতৌ করম্না ঈশিং অসি থকপিগনি।

কুঞ্জ—ইবেম্মা ঐগী খুৎ অসিদা কেক্তা হৈবীয়ু।

মাধবী—অহুদি ঐহাক ঈশিং তপ্না ২ হৈজরকে (মতম অসিদা ভিক্ষুক নয়ন নোকত্তুনা লোন্না য়েংব ঈশিং হৈবা লৌবা) অহুদি লৈবীহোরো ঐহাক চংচরগে।

কুঞ্জ—ঐহাকপু অরাম খোরাংবদগী কোকহনবীরবনিনা পরিচয়দগা তাকপিয়ু, পরিচয় থঙজরবদি ঐহাকসু মতম অমদা নতিক

ঐনা কুঞ্জগী মফমদা থাদ্বিবা য়াই অদুগী ফল ওসি ভুবেল মপালদা ইনিং অসিনা অশেং ২ উরে ইনাক-খুন্বা মচা কুঞ্জনা মপাগী য়াশক ওাক্লবগীদমক ঐহাক্তী মরাইবক খীরবা মাধবীগী খোঙ্গুল লিবা লাক্লে। ঐহাক্না কুঞ্জগী মফমদা মাধবীগী অশেংবা পরিচয় হায়গনি। ইচাগী অশেংবা পরিচয় অদু খঙবদা কুঞ্জনা মাধবীবু শোয়দনা লুগোংগনি। হা-হা হা/হা-হা (মাধবী মানুঙ্গ পায়দুনা চঙলকপা)

মাধবী—(নয়নগী হরাওবা মত্তো দিবদা ওক্তুনা) বাবা করি হৌরা, কনাগ্না য়াওদনা কবিগী নত্তোমক্তা অঙাওবদোনা অদুক য়াম্না হরাওনা নোক্লিবনে ?

নয়ন—ইবেম্মা ওসিদি ইপা নুংঙাইবনা লোইরে। ওসি ইপাগী নুংঙাইবা অসি পুক্নুংদা নমদুনা থম্বা ওমদ্রদুনা অঙাও-বগুম্না ইতেমনা খোন খোক্লা নোক্লিবনি।

মাধবী—অমুক কুইবা মতম অসি নোংমত্তা য়াত্তোন উংনা নোক্লগা ওসি অমুক য়াম্না হরাওনা নোক্লিববু করি মরমগীনো বাবা ?

নয়ন—কবিগী নোক্লোই ইবেম্মা মতম কুইনা থম্মোয়মুংদা ফুমদুনা লৈরম্ব অরাবা অদুবু মফম ইথঙ থঙহোদন অকনবা নোংলৈ মুংশিং অমনা হুমদোকখ্রবদা কনানা নোক্লবা ওমগনি হ-হা-হা চৎলো ইবেম্মা মরম অসি ইপা কোন্না

হায়গে ঙসিদি ইপা ঙাইহাক্তা নোকখিগে হা হা-হা হা-হা-হা।

( মাধবী নোককেং তৌনা ইমু' চঙখিবা নয়ন্না য়েংবা )

কুঞ্জ—( মপান্দগী ) ইমুং অসিবু কনা কনা লৈবগে রা' অমতা হংজগে ?

নয়ন—হো কনানো ? অসিদা চঙবীরকউ।

( কুঞ্জ চঙলকপা, উনবদা ঙকনবা )

কুঞ্জ—মহাশয়, নহাক নহাল ঐখোয়দা লাক্লম্ব নিপা অদু নত্রা ?

নয়ন—মান্নি, ইবুংঙো বাবু নহাল পৈশা নিজরম্বা অদু ঐহাক্নি।

কুঞ্জ—মহাশয়গা উনবা ওস্থোক্লা নুংঙাইরেদ', নহান্দি রাখল অমা তৌরিবৈদা হংনিংবা রা অমা হ'হোত্রে ঙ'সদি থুপপিগন্নু, ঐহাক্না হ'জবা রা অসি শেংনা খুম্বীয়ু।

নয়ন—তাকপিয় ইবু'ঙো বাবু, ঐহাক্না অখঙবা ওইরবদি অশেংবা তাকচগনি।

কুঞ্জ—মহাশয় ঐহাকী বাবানা ঐহাক্না লুহোংগনি হায়না রাশকখিবা নুপী অদুগী মরমদা করি অখঙবা লৈবগে মহাকপু ঙসি ফাওবা তিংলিবরা ?

নয়ন—ইবুংঙো বাবু নুপী মচা অদুগী মরমদা ঐহাক য়াম্না য়ুন্না খঙই, মহাক ঙসি ফাওবা হিংলি।

কুঞ্জ—মহাকপু ঙসি ফাওবা হিংলি হায়বা, মহাশয় মহাক কদায়দা লৈবগে অমুক্তা হায়বিয়ুবা ?

নয়ন—তপথ্বিযু ইবুংঙো বাবু ঐহাক হায়জগে অদুবু রা অসি তাবদি ইবুংঙো বাবু'দি কয়া নুংঙ'ইরোই ?

কুঞ্জ—করিগী নুংঙাইবোইদৌরিবনো মহাশয় ?

নয়ন—করম্না নুংঙাইগদ'গ ইবুংঙো বাবু, ইবুংঙোনা আশা য়াম্না চাউনা থিবিরক্লিবা নুপী মচা অদু ঙসি ফাওবদি মযুম পান্দবি হায়ববু মমিৎ নামা ত ঙক্তে ইবুংঙো বাবু!

কুঞ্জ - হা হা-হা অদুগী ওইরে, অদুগীদমক্তা ওইরবদি ঐহাক্না হায়জবসি তাবিয়ু, মমিৎ নামতা নক্তে মমিৎ অনিমক পূমতাঙ তাঙলমলবস্থ ঐহাক্না নুপীমচা অদুবু লুহোংদুনা ইপাগী থাশকপা শোয়দনা তাকলমগনি, অদুনা মহাশয় থীনবিরগনু অমুক্তা মহাক্কী লৈফম তাকপিয়ু।

নয়ন—অদুবু ওইরবদি মহাক্কী লৈফম ঐহাক্না শোয়দনা তাকচগনি, ইসে অসাইমথ রারীদা মুনথিৎনা ফিদাকাক অমত্তা থাদ্রে, ফক অসিদা ঙাইহাক্তা লেংশনবিয়ু অদুগ লুক-কাক্লি হারক্লবরা।

কুঞ্জ—ঐহাক ঙসিগীদি চ'থকপা তৌজরক্লি। অদুবু থোইনা লামজদে।

নয়ন—হৌজিক ফাওবা লুক হারক্লিবা। অতদি করম তৌগনি লরাইগী মী ঐখোয়না খোংবা চাক্লি হানিংঙাইদো অদুগা ইবুংঙো বাবুসু অচৌ অশাংগী মচানিনা থুৎনা থোংদুনা চাবিয়ু হায়বস্থ য়ারোই অদুনা কবোক্লচিংবা অথুম অহাও

খজিক্তা লৌজরুখিগে, খন্নমং ওইরবস্থ হান্নবা তৌসি (চংকে তৌবা)

কুঞ্জ—মহাশয় ঐহাক কঁরিমতা চাজরোই নুপীমচা অদুগী লৈকম খঙজরগা ঐহাক থুনা চংচগ্রগে।

নয়ন—পুক্নদি কঁরি অমতা য়াওদনা পাউ জাবা মুংঙাইবা তৌনদে ফক অসিদা মীকুপ অমত্তং লেংশনবানম্মু ঐহাক অহুম অহাও খজিক্তা লৌজরুখিগে। (থোকখিবা)

কুঞ্জ—অসাই ঐহাকপু ঙাশং পীপক্রম্বা নুপী মচা অদুনা কঁরগুম্বা ভুর্গম্নাগী মযাম্বগী মচানুপী ওইরম্বা থোক্লবদি ঐহাক্না কয়া য়াম্না মুংঙাইরমগদবনে। অদুনু ভিক্ষুক অদুনা হাযরম্বা মতুং ইন্না ঐহাক্না খিরক্লবা মীশাক্তু মহাক নত্রে। অদু মকপু ভিক্ষুক অদু লাক্লগা মহাক্না পরিচযদগা খঙখিদবা য়াদে (বাবা ২ হায়না কৌদুনা মাধবী থুনা থোরকপা অনি উনদুনা ওক্লা য়েংনবা)

মাধবী—মতৌ করম্ন মফম অসিদা।

কুঞ্জ—(নোক্নুনা) ঐহাক্না থুদোংখিবগী মতমদা সহায় তৌবিখিবগী অশেংবা পরিচয় অমতং খঙানংজনা ?

মাধবী—নত্তে ২ লেংবিরো বাবা লাকপনা হায়্লগনি।

কুঞ্জ—পরিচয় অশেংবা তাকপিদ্রবা মথৈদি ঐহাক মফম অসিদগী খোঙকাপ ১ ফাওবা থাদোক্লোই

মাধবী—কৈদৌবগে লেংবিরো বাবা লাকপনা হায়্লগনি।

কুঞ্জ—মীগী মঙ্গমনিনা হুই য়েন তানবগুম তান্নে, ইয়ুম ওইরবদি কনানস্থ তানবা ঙমলোইদবনি।

মাধবী—নত্তে ২ অদুগী ভাব থনবিগন্থ, বাবা লাক্লগনি হায়দুনা তৌবনি, অসাইগী তুরেল মপাল অদুদা লৈবিরম্মু ঐহাক থুনা লাক্কুনা থম্মোয়গী অংঙ্গা পরিচয়গা লোয়ননা হায়জগে।

কুঞ্জ—তুরেল মপান্দদনা যুমদ লাকউ হায়বা অদুগা যুমদনা তুরেল মপালদা লৈরম্মু হায়বা ঐহাক লোইনা খঙজরে ঐহাক চৎচরগে।

(কুঞ্জ চৎকে হায়দুনা মখোঙ থাংবদা নয়না অথুম অহাও পুত্থনা চেনশনলকপা)

নয়ন—কৈদোবে ইবুংঙো লেংথোক্লবদি?

কুঞ্জ— মহাক্ষমনা পোকপরা করিনো ইবেম্মা অসিনা তানবা অত্রদা ঐহাক থাঙবা ঙমদ্রহ্নুনা—।

নয়ন—ইবেম্মা মাধবী করিগীনো মহাক্লা ইবুংঙো বাবুবু তাম্থোক-লিবদি ঈপানদি কয়া রানা ইবুংঙোনা হা-নবা হায়হুনা অথুম অহাও লৈবা লাক্লকরি।

মাধবী—বাবা, বাবাগী মকুপনি হায়বা ঐহাক্লা খঙদহুনা তৌবনি।

নয়ন—মতুং মনাও অদুম থক তোগনুকো ইবেম্মা, সে কবোক অসি পৃথম অমদা ইবেম্মা হাপ্লকউ অদুগা ঈশিং অকবা গ্লাস অমগা পুথোরকউ। (মাধবী কবোক পুত্থনা চঙ-খিবা) ইবুংঙো বাবু শাউবিগনু কক অসিদা মীকুপ

অমতং লেংশিনবিরগা কবেক থজিক্কং হাথিসি।

কুঞ্জ—(ককতা ফমথন্থনা) মুপী মচা অহুী লৈফম তাকপিরো মহাশয়।

নয়ন—(ইমুংলোমদা য়েংলগা) কবোক পুরক্লে কবোক অসি হানা২ ঐহাক মুপীমচা অহুই মরম হায়রগ (মাধবী থোরকপা কবোক থনমলগা চৎকে তোবা) ঙাইখো ইবেম্মা নহাকসু হপানা ঙসি লিগদোবিবা রগা অসি তাখো।

কুঞ্জ—(কবোক চান চান) এহ শয মুপীমচ অহুই মরম হায়বিরো।

নয়ন—মবানি মুন্না ভাবো, ঐহাক মুপাগা অহুই রার শীরগে ইবুংঙো বাবু নহাক্কী নপাবুংগ দুর্গন্নাথ মহমুং নবকিশোরগা য়ান্না চান্নবা মরুপ ওইরমই। নোংমদ মরুপ ২ সিনা মথোয়গী মুংশিনবা অহু মপুন্সি অহুমগী কায়নদননা মচা মচা লুহোংবিসি হায়ন সত্য তৌনখি অহুবু নিয়তিগী কল্লবা থোইনশন্না লিচি ওইহনা মুংশি হৈত্রবা মনাও দুগন্নংশা থাকপা লাংবা থুহবা নবকিশোর মতৈ মনাওনা পিকলিবা থা৮গী মগা মুপীবু লংথোক্লন্নগা মতম চাদন লাইরৈবাক তানখি।

কুঞ্জ—দুর্গন্নানা করি মরমগী মন্নংবগা মতৈবগবু মাঙনবা শীনখিবনো?

নয়ন—করিগী ওইগনি ইবুংঙো, ময়াম্বগী অচৌবা লন-থুব অহু পাম্বদগী, তাবদা তুজুংলবা হুগী পাম্বেনা—।

কুঞ্জ—হুগী পাম্বেনা?

নয়ন—মানি ইবুংঙো, তুমি পাইখ্রবা মরাম্বা অমসুং মতৌ তবু মতম চাদবা সংসার অসিদগী তাংখোকখি মাগী হূ অদুগী অচৌকপা মওংগনি থা ৩।৪ দা তপনা ২ কনাবুমু খঙহন্দনা কনাবুমু চিংনহন্দনা দুর্গম্নাবু মরান্দুংগী অচৌবা লন-থুমগী মপু ওইহনখি।

মাধবী—অদুদগী সুপীবচা অহদি করম তৌখ্রে বাবা ?

নয়ন—ইবেম্ম ইপা চায়গে তাঙ, কন্নবা দুর্গম্নান' মহাক্কী য়েক্লবা লৈতনবা পীকলবা অঙাং অদুদা মিৎয়েং চঙলক্লে, মতম অদুদা নবকিশোরগী মনাই অমা লৈরমই। মনাই অদুনা মবুংঙোগা মবেম্মগবু কনবা ওৎহোৎলবগ, দুর্গম্নাগী কন্নবা মিৎয়েংদগী অঙাং অদুগী মথরাইতদি কনগে হায়না নিংতুনা অহিং অমদা অঙাং অদুবু পুদুনা লাম্না চেংখি—।

মাধবী—অঙাং অদু হৌজিক কাওবা হিংলিব্রা বাবা ?

নয়ন—হিংলি ইবেম্মা, হৌজিক্তি মহাক অঙাং নত্রে। চহি ১৫।১৬ কী লৈশাবী অমা ওইরে। অদুগা ইবেম্মা মনাই অদুনা হোৎনজরকপগী মহৈসু য়াম্লে।

নয়ন—নবকিশোরগী মরুপ শেখরনা মরাইবক থীরদা সুপী মচা অদুগী আশা থাদোক্লবসু মহাক্কী মচা কুঞ্জন মপাগী রাশক ওাক্লবগীদমক সুপীবচা অদুগী খোঙ্গুল লীবা লাক্লে।

(মাধবীনা য়াম্না ইকাই খুমনবা মিৎয়েংনা কুঞ্জদা য়েংবা)

কুঞ্জ—মহাশয় ঐহাক লোইনা খঙজরে। কৈদৌবগে সুপীবচা অদুগী লৈফম তাকপিরোগবা—।

নয়ন-- ইবুংঙো ঐহাক হায়রগে তাও, ভগবানগী কৃপাদগী ওসিদি শাবি শামৌ ২ দো মকম অমতদা—।

মাধবী—বাবা—।

নয়ন—অশেংবনি ইবেম্মা মন্নাইবক থৌরবী সুপীমচাদো নহাকনি অদুগা মীনাই অদুনা ঐহাকনি।

( মাধবীগা বুঙ্গগা মমিৎ ২ সুংশিনা য়েংনবা। বুঙ্গনা মোমোন নোকপা )

লাইট ওফ

## ২শুবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা- 'দুর্জ্জয়গী রুম"

( বিমলা ময়েক যাওদবা ঈশৈ ওংদুনা মিংশেল অমা মাওদা থাদুনা পাওদর থ'দুনা লৈরমই )।

বিমলা—( মিংশেল য়েংলগা নোকদুনা ) ঐহাকী ইশক অসিদি মিংশেলদা তোয়না য়েংভদুনা খঙলে, খোইমু খিবিকী থন্নাই মাওনফমনি অদুগা ঐহাকী বর ওইগদৌরিবা নিপা অদুগী মশক মতৌদি করম তৌরিগনি ঐহাক ওসি ফাওবা খঙদরি, মৈতৈ ঐখোয়গী লুহোংবা মতমদা মচা মচাগী মন্না ইহং হংবিদবা অহল-লমন্না তৌনিংবতা তৌবস যান্না চুমদবা অমনি।

( দুর্গস্না চঙলকপা )

দুর্গস্না—ইবেম্মা লুহোংবসি হংচিৎনি নহাক্না বাৰ্ত্তোন তৌজনিং-বদি কয়া য়ামহৈ মখোয়গী মনিং মথা ই-লাকপা লোইরব্রা ?

বিমলা—পাবুং নচা এহাকপু থাজরমলাইদদি নচা এগী ইরা হংবিদ্রগা কৰিস্ত লৈত্রবা বাৰ্ত্তোনগী মরমদা নচা এহাক্না করি বেরা কৌগদগে, পাবুংনা অস্তুম ফনি হায়বদা থন্দুনা তৌবয় ।

দুর্গস্না—ইবেম্মা, মপানবু মচাগী হৎতনবা তৌবা চৌনব্রা, নহাকপু থজরিবা নুপা অসি মশক মতোদা মহৈ মশিংদা মগুন্দা ১স্তুং শাগৈ জাৎতা করি অমতা অরাৎপা কৌবা লৈতে, মরম অদুনা ইপানা নহাক্কী রা হংদবনি ।

বিমলা—পাবুং নচা এহাকপু মতম কৈবা খিবিক্ত পাবুংগী য়াথংতা ইন্দুনা লাকচ রবনি, করিগী ছসিদা ইনৌ নৌনা বাৰ্ত্তোনগী রাবু নচা এঙন্দা হংবরিবনো । ( সেতু চঙলকপা, উবদা বিমলা থোকখিবা )

দুর্গস্না—লাও চংলকউ সেতু চৌকি অসিদা কয়ু ।

সেতু—( চৌকিদা কয়ম্মা ) স্নাখ্রা নোংমা নিনি অসি হকচাং কয়া ওমক্রদুনা থবক ইনখাং নোম্ব লাকপা ওমদ্রে । লুহোংববু কৈদোঙৈ তারিবগে ?

দুর্গস্না—সেতু, লুহোংবসি য়ম্না নকলে, হংচিৎনি ।

সেতু—হংচিৎ, শোয়দনমক হেংবা তারব্র স্নাখ্রা ?

দুর্গম্না—করিনোনে সেতু, নহাক্না হায়রিবা অসিবু ঐহাক ভাব
তাবা শুমদ্রে।

সেতু—ননাই ঐহাক্না হাযক্কবদি অসিনিমা, ননাই সেতুগী মরমদা
করি অমত খনবিররোইদ্রা হ য়ুঙবনি ?

দুর্গম্না—সেতু! বিমলাগী হংচিৎ লুহোংবা অসিদি কায়বা য়াররোই
নঙ শাউরগনু নহাক্কী অকবা অমা থৌরাং তৌগে।

সেতু—ম্নাখ্‌বা ইবুংঙো, ম্নাবুদ্ধি মুম্না তৌবিযু, ম্নাখ্‌বানা তুংদা নচা
ননাইনি হায়না য়েংবিগদ্রা হায়দুনা পাপকী খবক কয়া ২
সেতু ঐনা ইরয় লায়না পাওথোকখবা, অদুদগী হেন্দোক্‌-
তুনা নচা ইবেম্মগী মাশানা ঐগী সেবা কাযজদরবী মরাল
লৈত্রবী নুপী অনিবু মপাম য়োহনখ্রে, অসি পূর্ণমকসি
খনবীদুনা ম্নাখ্‌বা ইবুংঙোনা অযুক্তা ম্নাবুদ্ধি মুম্না তৌবিযু।

দুর্গম্না—সেতু চন্দকী লুহোংবা অসিদ ঐহাক কয়া কাযনিংদে
নঙ ঐবু শাউগনু।

সেতু—তৌবিগনুদ ম্নখ্‌বা, ইপু ইনাই ঐথোয় মোৎ ভিন্ন-
ভবদি খবক কয়া ফংলোইদা।

দুর্গম্না—সেতু কৈদৌবগে নঙ শাউবগনু, লুহোংবদি হংচিংবিনা
ঐহাক্না উপায় লৈত্রেনে।

সেতু—ম্নাখ্‌বা ইবুংঙো লুপা লিশিং অমা পাম্বদগী অরেম্বদা অমুক
চাউথ্রবা সম্পত অসি মাঙগনি। অদুগা লাইবক থীরবদি
মাসি কাওবা........।

দুর্গম্না—(ঙাইহাক খল্লগ) করে সেতু উপায় অমা তৌরসি।

সেতু—করি উপায়নো স্নাথ্বা ?

দুর্গম্না—বিমলাগী হৃংচিৎ লুহোংবসিদি কায়হল্লমু সি অদুগা থক্না থুনা মপামদা হল্লক্লবা ঐহাক শ.র্রা শীল্লগে নহাক মো ওইনা লোয়েো, করি হায়বগে সেতু ?

( বিমলা চিঠি পুতুনা থুনা চঙলকপা )

বিমলা—প্পাবুংগী চিঠি ( মপাদা পীরগা পাউ খঙনিংঙুবা বিমলা লেপ্তুনা লৈ )

দুগম্না—সেতু, চিঠি অসি অমুক্তা পাও।

সেতু—স্নাথ্বা ইবুংঙো মী তাব ম্নাদবা অরুবা চিঠি ওইবন্নবদি ......।

দুর্গম্না—হেন্না নঙ ঐদি মশা অমতনি সে সে চিঠি অসি পাওনে।

( সেতু চিঠি লোবা অমস্তুং পাবা )

## শ্রীহরি

স্নাথ্বাদুর্গম্না

স্নাথ্বাগী চরন্দ্র কুঞ্জ ঐগাক্না হঙ্গংচখিবনি মরমদি :— ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা ঐহাক্না ইপাগা কনাগুম্বা মকশ অমগা মচা মচা লু হাংবিনি হায়না সত্য তৌনখি হায়না তারে। পিতৃ সত্য অদু ভাকনবগীদমক হন্দক নচা ইবেম্মবু ঐহাক্না লুহোংবা ঙমদবা তারে। পাউ অসি তাবদা স্নাথ্বাগী স্না পুক্নিংদা থোইদোকপা মুংঙাইতবা পোকলোই হায়না নীংঙৈ। মরমদি ঐহাক্না ইপাদগী নচা ইবেম্মগী মমল লুপা লিশিং ১ খুৎতা চনখ্রে অদুগা অমুকস্তু হন্না নচা ইবেম্মবু পৈশা য়াম্না লৌঙ্গনা

অত্তোপ্পা নুপা অমদা থাজবিবা য়ারগনি। চিঠি অসিগী মরমদা ঐহাক্কী ইপানা করি অমত্তা হুবা ঙৈতে। অদুবু বর ওই-গদৌরিবা নিপা ঐগী পাউ অসি অরেপ্পনি হায়না লৌবিয়ু। ইতি

কুঞ্জ সিংহ

বিমলা—পাবুংনা নচা ঐঙোন্দগী পৈশাবু য়াম্না কেন্না নুংশিরবনা করিম্তু ঙৈতবা মী অমনা কয়া থীনা হায়রকলবনো?

(বিমলা শাওনা থোকখিবা)

দুর্গস্না—য়েংঙুনে সেতু কয়াদা পঙত্রবনো মহাক্কি অঙাং ওই-রিবনিনা পৈশাগী মরাই থঙদ্রিয়ে।

সেতু—নীংগদবা লইদি পৈশাদনি নুংথ্বা ইবুংঙো নচা কৈরেম্মনা লৈক্লুং অঙাং ওইদুনা তৌরিবনি, থরা অহল ওইরগা মশানা জ্ঞান তাজরকনি, হরে রা অসি কেন্‌ক্লাস হৌ-জিকপু করম তৌবা তারবগে নুংথ্বা ইবুংঙে?

দুর্গস্না—করম তৌগনি সেতু ঐগী ইচা বিমলাগা নঙগা লৈনৌ লৈনৌ তমখিবনি। কুঞ্জ হায়বা অঙাং অসিগী উশিংতবা মতৌ অসি উবদা ঐ কয়া নুংঙাইতে।

সেতু—নুংথ্বা ইবুংঙোনা নুংঙাইবিদ্রেগা করি তৌজৌ হায়বগে? অহিং অমদা লোইগদবা মহাক্কুম্ববু—।

দুর্গস্না—অত্তবুদি নহাক্কী নঙুণ থঙদুনা ঐহাক্কী ইক্সাক ওইগদৌ-রিবনি। সেতু হৌজিক্কি থবক য়াম্না লুরে থরা চেক-শিন্দবা য়াদে, কুঞ্জ হায়বা অসি থরা থুনা লোইথোক্লবা হোৎনদবা য়াদে, অদুগী মতুংদা য়াম্নুংগী মচানুপী অদুগা

মীনাই নয়ন অত্থুগা থিরগা লোইথোক্লবা হোৎনগদবনি।
মখোয় অহুৎ অসিবু লৈত্রবদি ঐখোয় রাই শংলে।

সেতু- ঐখোয়সু ফনা য়াম্না থিরে অত্থবু স্নাথ্ৰা নবকিশোরগী মচা নুপী অনম্বং মনাই নয়নগী লৈকম ঙসি কাওবা থঙবা লৈ'ত্র।

দুর্গম্ম—মখোয-ঐখোযবু কিদুনা লরাই থবাই অমদা শোয়দনা লোৎতুনা লৈক্মগনি, হৌজিক কব্রিগুম্বা কুঞ্জগা মখোয়গা থে'নখিবা থোক্লবদি মখোয় শে'য়দনা থোরক্কুনা ঐহাকা ইথক্কা দরখাস্ত থ রক্কনি মরম অত্থনা সেতু থর়া চেক- শিনদবা য়াদে।

সেতু—কব্রি অমতা চিংনবিগনু স্নাথ্ৰা ইবুংঙো ঙসিদগী হৌত্থনা মাইকৈক মরিদা ঐগী চোর থাজরগনি। অদুগা নচা ইবেম্মগী অাশাদদি ......।

দুর্গম্ম—সেতু মখোয় অহুম অসি ঐঙোম্দা পীবা মুমিৎ অদো বিমলাগা নঙগা লুহোংবা মুমিৎনি।

সেতু—অত্থদি ননাই ঐহাক চৎচরগে হৌজিকমক মী থাননবা থোরাং তৌজকররগে........।

দুর্গশ্না—ফরে চৎলো সেতু য়াম্না চেকশনলুকো।

(সেতু থোকখিবা দুর্গম্ন য়েংদুনা লৈহৌবা)

লাইট ওফ

## ২বা অঙ্ক
## ২শুবা উৎপা

( ভিক্ষুক, নয়ন ঈবৈশ শক্তুনা চণ্ডলকপা )

### ঈবৈশ

কল্লবা পুকচেল ঈরৈনা
চেস্থরি অপণ্ডবা জগৎ পুম্বা
অমুক লূপহল্লি ঙাইহাক ভাউহল্লি
অকিবা ফংলবা ময়া সংসারদা।
আশাগী নোরেন পায়জন্তুনা
চেপ্তুনা খাঙলি ইথক ইপোমদা।
কাউগনু পুজি মীনম্বা পুন্সিনি
লূপকনি শোয়দনা কর্ম্মগী ইপাক্তা।

( য়াম্না অকে অমৌগী ফিজেত্তা বিমলা চণ্ডলকপা )

বিমলা—মৈতৈগী সমাজ অণ্ডকপনি, মুপীবু অমুক তোম্না থম্বা মপামদা লৈরিবৈংস্থ অদুগা নিপা মযুমদসু মীনাই, মীওইবগী পুজিগী খরাইদগী চাউবা খোদোক লুহোং খোংদোংবা মতমদা ফাওবা মুপীগী মরা থজিক্তা ফাওম্বা হংবিদবা ওস্তোকপনি, ইপা ইবুংঙো নহাক্না পৈশাগী ময়ায়না মুপী ওইবী ঐহাকী ইপোকপু শায়পোৎকুম্না থনবিবা অদুগী ফলদি ভংস খণ্ডবিরগনি, ইপা ইবুংঙো করিসু লৈত্রবা

নিপা অমনা কয়াদ থীনা হায়ত্নুনা ঐবু ইকাইবা পীরক্নবা
( ভিক্ষুক চওশিল্লক্নগা )

নয়ন—ইবেম্মা পৈশা অমত্তা পীয়ুবা ( নিবা )

বিমলা—( শাউরপ্পা ) করি. পৈশা পীয়ু হায়বা, পৈশাকাক্ লৈজ-
লাকচদে। ( শাউনা চৎকে তৌবা )

নয়ন—তৌবগনু ইবেম্মা, ঐহাক য়াম্না লায়রবা চাকনিবা অমনি
পৈশা অমত্তা পীবিরম্মু। ( থৎপা )

বিমলা—( শাউনা ) মীনা পীরোই হায়রমক্তদা করিগী থৎলিবনো
নঙ ঐবু লুট তৌগের লস্বী থুনা থাদোকউ।

নয়ন—করি লুট তৌবা, লুট তৌবদি ঐহাক নত্তে নখোয়নি।

বিমলা—করি হায়বা ঐখোয়বু লুট তৌবা!

নয়ন—মান্নি, ঐহাক্না হায়রিবা অসি অচুম্বনি, ইবেম্মাখোয়দোনা
মীগী মবল নমত্নুনা লোরগা অকে অমোগী কিজেৎ শেৎক-
দবগী শকুকপুদি শেগায়ববা অমোৎপা কি অসি শেৎতুনা
ভিক্ষা তে'ঙ্গরগা থর য় অসি হিংনবা লারুবনা হেম্না কৈ!

বিমলা—( শাউন ) নচিল থীগনু ভিক্ষুক ঐখোয়না করম্বা মতমদা
কনাগী মরল নমত্নুনা লোই।

নয়ন—( নোক্তুনা ) ইবেম্মা হৌজিক নখোয়গী অচৌবা লনথুম
অসি নখোয়গী অশেংবা অমত্তা নত্তে।

বিমলা—করি হায়বা ভিক্ষুক।

নয়ন—ইবেম্মা নহাক্তি থওলোই নহাকী নপাবুংনা হৌজিক নখোয়গী
ওইরিবা অচৌবা লন-থুম অসি লুট তৌবা মতম অদুদা

নহাক্তি থা ৮গী অঙাং অমা ওইরম্মী।

বিমলা—মহাশয় নহাক্না হায়রিবদু অচুম্বরা ?

নয়ন—অচুম্বনি ইবেম্মা, নপাবুংনা লন থুমত্তা তৌবা নত্তনা মপু অদুবু হূ পীজদুনা মত্তম চাদনা লাইরৈবাক তাগহনখি।

বিমলা—হূ পীজদুনা ?

নয়ন—মাম্নি ইবেম্মা হূ পীজদুনা মপু অত্তবু হাত্তোক্লগা নপাবুংনা মাগী য়ৈথাক্ত থিনগাইবা লৈত্তনবা শীনখি।

বিমলা—মহাশয়, নহাক মপু অত্ত মশক থঙবরা ?

নয়ন—খঙই ইবেম্মা, মপু অদু অতৈ নত্তে, নহাক্কী নপাবুংগা হেক পোকমিন্নবা ময়াম্বনি, কারণ্ডু লৈত্রবা পৈশাগী ময়াম্বদা নপাবুংনা ময়াম্বা অমম্তুং মতৈমবু হূ পীজদুন মতম চাদনা সংসার আসদগী তাম্হোকখি।

বিমলা—করি হায়বা মহাশয়, মপু অদু ঐহাক্কী ইপল ইবুংঙোনি হায়বা ?

নয়ন—মাম্নি ইবেম্মা হৌজিক নখোয়না শীজিন্নরিবা লন-থূম অসি নপল ইবুংঙোগী মরলনি।

বিমলা—মহাশয় ঐহাক্কী ইপাগা পোকমিন্নবা ইপল অমা লৈবমই হায়বা নহাক্না হায়দুন থঙলিবা অসি মডাইরি, অত্তবু লাইবক থীবীনা ইপল ইবুংঙোগী খশক্তি থঙহোত্রে। হায়যু মহাশয় ইপল ইবুংঙো অহুনা পোকপা ইচিল ইনাও ইবুং ইপরা কনা অমতা লৈত্রবর ?

নয়ন—মখোয়বু হংলিবদি করি মরমগীনে ! ইবেম্মা নপাবুংনা নপল ইবুঙঙোগী মাঙনবা শীনথরে অহৃগা নহাক্না মখোয়গী মাঙনবা তোগে অসিরা ?

বিমলা—নত্তে, নত্তে মহাশয়, ইপাগী মরমচং খল্লুরগা ঐহাকপু অদুক লাম্না লৌবিগনু ঐনা মখোয়বু হংজবদি ইপল ইবুংঙোগী লন থুম অসি ইচিল ইনাওশিং অহৃনা কংবা য়ানবা হোৎনজগে হায়রগী রাখললি, মহাশয়না থঙলবদি মখোয় লৈ লৈতে হায়বা ঐঙোন্দ তাকপিয়ুগদা……।

নয়ন—ইবেম্মা নপল ইবুংঙোগী মচা মুপী ১দি পোক্রমই হায়না তাই অদুবু নপা ইবুংঙোগী হুংশি হৈত্রগা শিংথেং উতনা নপল ইবুংঙোগী মীনাই ১না অঙাং অহৃম অহিং অমদা লোম্না পুত্তনা চেনখি হায়বগুম তৌই অসিগী হেমবা অভোপ্পা অমদি ঐহাক খঙত্রে ইবেম্মা।

বিমলা—মহাশয় খঙলবদি অশেংবা তাকপিয়ু ?

নয়ন—ইবেম্মা ঐহাক্না খঙবা মথৈদি হায়জরবনি।

বিমলা—অমুক য়াম্না কুপ্পা রারৌদি থঙবিরগা মুপীমচা অহৃগী লৈফম খঙদে হায়বসি থাজবা থরা রাৎলি, করে অদুবু মহাশয়না তাকপিদ্রবসু ঐহাক্না ইপল ইবুংঙোগী মচা অদু শোয়দনা থিদুনা লন থুম অসে অশেংবা মপুদা শীমনবা হোংবগলি. অদুদি মহাশয় লৈবিহোয়রো, ঐহাক চৎচহোয়রগে (খোঙকাপ ৩/৪ থাংল্লুরগা অমুক হৃদক্‌না)

করিগুম্বা মরম অমদগী থরা শাউনিংনা লাকপদা মহাশয়দা থরা থীনা হায়গ্রে অতুগীদমক্তা ঐবু তাকপিয়ুকো (পৈশা অয়াওবা মথৈ লৌথোক্লুনা) মহাশয় পৈশা অসি তৌবিরো (পৈশা পীবা নয়ন লৌবা) অতুদি ঐহাক চৎচরগে মহাশয় (বিমলা থুনা থোকখিবা নয়ন ভাইভাক মূনা য়েংলগা বিমলানা চৎখিবা মায়কৈদা তপ্না ২ থোকখিবা)

(মায়কৈ ১দগী ইনস্পেক্টর চঙলকপা তুংদগী কুঞ্জনা ডারোগা বাবু হায়ন থুনা চঙলকপা)

কুঞ্জ—ডারোগা বাবু, ডারোগা বাবু!

ইনস্পেক্টর—(হন্না য়েংলগা) এঃ কুঞ্জ বাবু কদায়দা লেংলুরিবনো?

কুঞ্জ—ঐহাক বাবু উনজগে হায়দুনা থাবাদা চৎচরুবনি।

ইনস্পেক্টর—ঐহাকপু থিবিরুবা, করি মরমগীনো বাবু?

কুঞ্জ—বাবুথোয় থিজববু করিগী ওইগদগে, করিগুম্বা কেশ মচা অমগী—।

ইনস্পেক্টর—তাকপিয়ু বাবু! বাবুগী করম্বা রাথোক-লানথোক য়াওরবগে?

কুঞ্জ—ডারোগা বাবু! ঐহাক ইশামকী কেশতি মত্তে অদুমকপু হন্দকী মরম অসি ওন্থোক্লা সুংঙাইত্রদুনা বাবুদা চঙজরক্লি-বনি, বাবুনা অমুক্তা মুন্না রাখল তৌবিদুনা—।

ইনস্পেক্টর—করম্বা কেশনো তাকপিয়ু বাবু ঐহাক্লা ওম্মনথৈ হোৎনদুনা বাবুগী হেল্প (help) তৌজগনি।

কুঞ্জ—ডারোগা বাবু! দুর্গম্না হায়বা অদু খঙবিব্রা ?

ইনস্পেক্টর—খঙজে বাবু!

কুঞ্জ—মহাক্কী মথক্তা ঙসি ঐহাক্না ডারোগা বাবুদা রাকৎচগদৌরিবনি।

ইনস্পেক্টর—মহাক্কী মরমদা করি মরমগীনো বাবু ?

কুঞ্জ—ডারোগা বাবু, হৌজিক মহাক্না শীজিন্নরবা লন থুম অসি মহাক্কী অশেংবা নত্তে, মহাক্না মুংশি হৈতবা উপায়না ময়াম্সুংদগী নমদুনা মুনবনি।

ইনস্পেক্টর—ময়াম্সুংদগী নমদুনা মুনবা! অসিগী মরমদা ময়াম্বা অদুনা ঙসি ফাওবা থানাদা রাকৎলদ্রিবদি করি মরমগীনো বাবু!

কুঞ্জ—মরমদি বাবু রাকৎপা ঙমদনবা মহাক্না ময়াম্ববু হুগী পাম্বৈনা সংসার অসিদগী তানথোকপ্রে।

ইনস্পেক্টর—হুগী পাম্বৈনা ?

কুঞ্জ—মানি ডারোগা বাবু, ময়াম্সুংদা নত্তে মতৈমবুসু হুগী পাম্বৈনা সংসার অসিদগী তানথোকখি। মমা মপা লৈত্রবী ময়াইবক থীরবী মচানুপীগী তৌকম খঙদবা অরাবা মতৌ অদু উবদা ইশাগী ওইনা ঐহাক্না বাবুদা হায়জরিবনি বাবুনা মুন্না অমুক্তা রাখল নুম্না তৌবিয়ু।

ইনস্পেক্টর—কুঞ্জ বাবু! বাবুনা কৈদোম্নুংদসু মীনম্বা ভাঙগনি

হায়বা ঐহাক বাজদে অদুমকপু পুলিস ঐখোয়গী duty দি বাদী বিবাদী অনিগী রা তাদবা য়াদে ময়ম অদুনা ঐনা ময়ম অসি মুম্না খিজরগা বাবুগী help শোয়দনা তৌজগনি, লেংলসি বাবু (থোকখিবা)

লাইট ওফ

## ২শুবা অঙ্ক

### অহুমশুবা উৎপা—"দুর্গস্নাগী রুম"

(দুর্গস্না চৌকিদা ফমদুনা পৈশাগী হিসাব তৌদুনা লৈবা বিমলা অকে অমৌগী কিজেৎ থাদোকনা অঠম্বা কিজেৎ শেৎদুনা চঙলকপা)

বিমলা—পাবুং !

দুর্গস্না—(হন্না য়েংখৎপদা মচাগী কিভম, কিজেৎ অদুদা থরা ঙব্বা করিনো নঙনা তৌরিবা অসিদি ইবেম্মা, অদুক কে-মৌবা পামজবা নহাক্না ঙস শেংলিবা কিজেৎ অসিদি করিনো ইচাগী পুর্ণিমাগী থাজবু ঙমজবা নীংখিজরবা মাইথোং অদু ইমক মকশিনবগুম তৌই হায়য় ইবেম্মা, নহাকপু নশা ঙমদ্রা ?

বিমলা—পাবুং, ঐহাক থোইনা হকচাং ঙমদবা তৌদে।

দুর্গস্না—অদুদি করিগীনো ইবেম্মা ঙসি নহাক্না অসুক নথরাই অদু মুংঙাইতনা উরিবদি হায়য়ু ইবেম্মা ইচাবু কনানা লাকচবগে ?

বিমলা—পাবুং লৈরিবৈদা নচাবু কনানা লাকচগদগে ?

দুর্গস্না—অদুদি তুম্বা কাংবদা ফনেক ময়েক মাইবদা য়াওরবা নহাক্না ঙসি পুংভো ফনেক অসি শেৎপা ইপাবু উংল্লিবা করিগীনো ইবেম্মা ?

বিমলা—নহালমথৈ খঙদহুনা ইতিক চাদবা ফনেক ফিরোল শীজিন্নরম্মনি। হৌজিক্কি ইশাগী ফিবম খঙলক্লহুনা ইশাগা ইপা চাবা ফিজেৎ অসি শেৎচরিবনি পাবুং।

দুর্গস্না—( ঙক্না ) করিনোনে নঙবা হায়রিবা অসিবু ইবেম্মা ?

বিমলা—পাবুং ঐখোয়গী অচৌবা লন থুম অসি ঐখোয়গী ইরল অশেংবরা ?

দুর্গস্না—কনানা করি হায়বা য়াওরবগে ইবেম্মা ঐখোয়গী নত্রবদি কনাগী ওইগনি ?

বিমলা—ফরে, লন থুম অসিদি পাবুংগী চৌল্লগী ঐখোয়গী অশেংবনি হায়বা খঙজদুনা নচা ঐহাক মুংঙাইজরে অদুগা নচা ঐহাক্না চিংনবা অমতংদি……।

দুর্গস্না—করি চিংনবনোনে হায়য়ু ইবেম্মা, অদুগা লন থুম অসিদি করিম্নু খল্লুগদ্রু ইপাগী ইরল অশেংবনি।

বিমলা—পাবুং, পাবুংগা পোকমিন্নবা ইপল ইবুংঙো অমা লৈরম্নু ?

( দুর্গস্না মমায় লুকথদুনা য়ান্না অন্নাবা ফিবমদা লৈ )

করিগী তুমিন্না লৈরিবগে পাবুং অমুক্তা থুনা থুংবিহনা নচা ঐগাক্তা চিংনরিবা অসি কোকহনবিযু পাবুং, সে পাবুং অমুক্তা হায়বিযু।

দুর্গস্না—(য়াম্না হারাংনা দন) হৌবেম্মা, ঐগাক্তী ইয়াম্বা অমা লৈবম্মী।

বিমলা—লৈরম্মী হায়বা? অসুক কুইরবা মতম অসি নচা ঐবু রারম অসি তাহনবিত্রিবা করিগীনো পাবুং?

দুংস্না—সংসার থাদোক্তুনা চৎথুবা নপল ইবুংঙো অদুগী মবম নহাররা থওলগা অরেম্বদা রানবনি হায়দুনা ইপানা নডোম্বা তাকতবনি হৌবেম্মা।

বিমলা—পাবুংনা নচা ঐবু সুংশিদগী থরাং রংরিংদতুবা ইপল ইবুংঙোগী মবম তাকপিদবনি হায়বা অসি তবদা নচা ঐহাক যম্না সুংঙাইজরে, করে পাবু পাবুহনবু বুরম্বা ওমথিবা লায়নান মতম চাদনা লাইরৈবক তালহনখিবগে? লায়না অদুদি মশক তাকপিয়ু পাবুং।

দুগস্না—(চিংনবা মিৎয়েংনা মচবু ঙগাক য়েংলগা) বিমলা নহাক্না অসুক কুপ্না হংনিবদু করানা নঙে দ করিংয় জনবা য়াওরবগে?

বিমলা—পাবুং! ইপল ইবুংঙোগী লায়না মশক তাকপদা পাবুংনা অসুক চিংনরিবা করিগীনো?

দুগস্না—(সুংশা মপী হোন্দুনা) হৌবেম্মা ঐহাক করিসু চিংনদে ইপানা লায়না মশক শোয়দনা তাক্কনি।

বিমলা—( নোককেং তৌদুনা ) তাকপিরো পাবুং পাবুংদি ডাক্তরস্ত নত্তনা মতৌ করম্না ইপল ইবুংঙোগী লায়না খঙগনি।

দুর্গম্না—চুম্মী ইচানা হায়বা চুম্মী ইপাদি ডাক্তরস্থ নত্তনা মতৌ করম্না লায়না মশক খঙগনি....।

বিমলা—পাবুং ইমা ইবেম্মস্থ ইপল ইবুংঙোগা লায়না অমতরা ? (দুর্গম্না খুম্বা ঙাদবা) করে পাবুং রা অসি তৌক্লসি ইপল ইবুংঙোনা মচা সুপী অমা থনমবরা, অসিদদি অচুম্বা হায়বিয়ু পাবুং।

দুর্গম্ন—( ঙাইগাক রাখল তৌবগা ) বিমলা নহাক্না পুংকমদা খরা হনবা ননাও অমা য়াম্বুংনা থনম্মী অদুবু য়াম্বুংগী ফত্তরবা মনাই অমনা ইচা অদুবু হুৎনা পুথিব-দগী ঙসি কাওবদা মহাক শিবা চঙবগী অরেম্না মকম খঙব্রে।

বিমলা—ইনাও অমা থনম্মী হায়বা ? পাবুং ইনাও অদুনি শিখিবস্থ নত্তবনিনা মহাকী পাও তারগা ঐহাক্কী থোইনা রাকম থোক্কে অদুগা করিগীনো পাবুংনা অস্থক কুইবা মতম অসি নচা ঐবু মবম অসি তাহনবিস্ত্রিবা ? (দুর্গম্না খুম্বা ঙম্নদদুবা মমায় লুকথদুন লৈবা) পাবুং ইনাও অদু ওস্থোক্না রানা লৈরমলগনিদা মহাকপু খঙননবা থিরগা ইপল ইবুংঙোগী লনথুন অসি মঙোন্দা পীসিবা পাবুং ?

দুর্গম্ন—করি বিমলা ? অদাই মথৈ নহাক্না হায়বা তাগে হায়না তাবনি। করি ইপল ইবুংঙোগী লন থুম হায়বা, কনানা

নপল ইবুংঙোগীনি হায়রিবা, তাও বিমলা লন থুম অসিদি ঐহাক্কী অশেংবনি।

বিমলা—পাবুং ঐহাক্তি লাইবক থীবনিনা ইমাগী শকস্থ খঙহৌদে অহুবু পাবুংনা পলেম পন্থৌ অনি শক্তুবা য়োকপিরকপনা নচাগী অক মত্তা থম্নবগী জ্ঞান লৈজরে, নমোম চাউরক্লে হায়দুনা পাবুংবু উশিন্তদুনা পাউতাক পীবনি হায়নদি থনবিগনু পাবুং নচা ঐহাক্না হায়বা লৌবিয়ু অরানবা অকায়বা ধর্ম্মা চৎপিগনু।

দুর্গস্না—বিমলা ঐহাক্না করম্বা মতমদা অরানবা ধর্ম্ম চৎখি।

বিমলা—পাবুং, পাবুংনা অরানবা ধর্ম্ম চৎপা চত্তবগী মরমদি নচা ঐগী চিন অসিনা পনজনিংদে অদুগা পাবুং নচা ঐহাক রা অমতা হায়জগে, নুংশিরবী ইমানা সংসার অসি থাদোকপা মতমদা করি পোৎ লোইনদুনা পুখিবগে? পাবুং মী ওইনা পোক্লবদি অমুক্তং শিবা শোয়দ্রবনি ঐহাকস্থ পাবুংস্থ মী খুদিংমক মাগী মাগী মতম তাইদুনা লৈরিবনি, মতম অদুনা লাক্লবদা অস্থক চাউবা লন থুনদি হায়রুস্থ পৈশা অমা ফাওবা কনানস্থ লোইনহনা পুবা য়ারোই, অসি খঙনা ২ করিস্থ লৈত্রবা লন থুম অসিগী-দমক্তা মী ওইবা ঐখোয়না অরানবা ধর্ম্মা চৎপসি অচুম্বা থবক্লনে পাবুং?

দুর্গস্না—তুমিন লৈয়ু বিমলা নঙবু থরা কেথোক্না থম্বা অসিদা নহাক্না তৌনিংবতা তৌরে হায়নিংবতা হায়রে।

বিমলা— কৈদৌবগে প বু' লন থুম অসি মপু অশেংবদা পিথোকখ্রসি।

দুর্গস্না— তানি'দে তুমিল লৈয়ু বিমলা। লল অসি ঐগী অশেংবনি ঐহাক্না কনাদস্ম পীরোই।

বিমলা—নচা ঐনা হ য়জবসি অমুক্তা য়া'বিয়ু?

দুর্গস্না—( চৌ'গৎতুনা ) কাম্নদবা রানি বিমলা ঐহাক্তা চৎপ্রগে নহাক্না চবেৎ চবেৎ ঙা'বসি তাজনি'ঙ্গে।

( শাউনা থোকখিবা )

বিমলা—প বু' পাবুং ( খো'কাপ ২/৩ ইন্নবা )

লাইট ওফ

## ২শুবা অঙ্ক

### ৪শুবা উৎপা—'লক্ষ্মী"

( সেতু, ভুবন, রারা শাদুনা চঙলকপা )

সেতু—বম্ম কায়দবা মচানিনা, ঐগী থুবাক্তা তাবা হায়বা অসি মঙাই ইতাও।

ভুবন—করিবুনো ইভাও?

সেতু—হেরা দুর্গস্নাগী মচান্নপী অদু ঐগা লুহোংবা তাক্নে।

ভুবন—মতৌ করম্না ইতাও, কুঞ্জগা লুহোংগ'ন হায়বদাইনে, তোক্করবনে ইতাও।

সেতু—( নোক্তুনা ) নহাক ইবানিনা ভিক্ষুক অমবু লিকং ওইরগা কাপখিবা মায়া মন্ত্রদো কুঞ্জদা পান্নে কুঞ্জনা লুহোংবা ডম্মরোই হায়না হায়দোক্লবেনে ইতাও।

ভুবন— হা·· হা····হা····নহাক্কী রা অসি তাবদি ঐহাক ইশানা লোংগদবমুক মু·ঙাইদা ইতাও অহুগা দুর্গম্নাদি করি হায়রি ইতাও ?

সেতু—করি হায়গনি ইতাও। মাদি মহৌশাদগী ঐবু পামজন্থনা লৈরিবনি পৈশাগী ময়াহনা মহাক মতম থরদং জ্ঞান মাঙ-লুবনি। হৌজিক মহাক জ্ঞান তারে ঐহাকপু মক্ষাক ওইজগনি থনজবদা মহাক ওন্থোক্লা পুংঙাইজরে।

ভুবন—( মাযকৈ অমদা য়ে·লগা ) মথা তারগনু ইতাও নঙনা হায়রিবা মীশক অদু লাক্লে।

( দুর্গম্না চঙলকপা অনিনা থুরম্ম )

সেতু—কদায়দা লে·গদো বিবনো ম্নাখ্যা ?

দুর্গম্না—সেতু ঐহাক নখোযবু থিবক্লবনি।

সেতু—করি মরমগী ওইরবনো ম্নাখ্‌' ?

দুর্গম্না—ঐখোয়না তৌখিবা পুম্বা লোইনা খঙবা কনাগুম্বা মী অমনা মমু·দা য়াম্না কম্না হনচক ঙাচক শারে। অদু শত্রুবদবু অসিগী মরমদা মঙ ফওবা মঙম্বা বিমলানা কবি মরমদগী ঙসি ঐঙোন্দা রা অসি হংগনি।

সেতু—নচা ইবেম্মনা করি করি হংবগে ম্নাখ্যা ?

দুর্গেস্না—সেতু ঙসি বিমলান হংব য়াহ' অদু ত বদা ঐগী পুক্লিংদা অকিবা পোকই। ঐহাক্না হায়বা থাক্লৌ, সেতু ঐ খোয়না তৌখিবা পুম্বা ঐগী ইচা বিমলানা। য়াম্না মুম্না খঙঙে সেতু মরম অদুনা ঐখোয় খরা চেকশনহৌদ্রবদি থুদোংথিবা নঙবা শোয়দ্রবনি।

ভুবন—স্নাথ্বা মরম অসিদা স্নাথ্বানা চিংনবিবা মীশক কনা লৈবগে? মহাক্কী মশক খঙলগা ঐ-খাবগী অয়াবা হেক কোক্লে।

দুর্গেস্না—ভূবন মরম অসি ঐহাক, নহাক, সেতু ঐখোয় অদুম অমা য়াম্না মুম্না খঙই অদুগা ঐখোয় অচম্ব নত্তবা অতোপ্পগী মগুংদা (ভাইহাক খল্লগা) য়াম্বু গী মনাই নয়ন হায়বা অদু ঐহাক্না খরা চিংনৈ।

ভুবন—শোয়দ্রে স্নাথ্বা থবক পূম্নমক অসি নয়নগী খোয়কপা শোয়দনা ওইবা তারে।

দুর্গেস্না—অচুম্বনি ভুবন, নয়ন নত্তনা ঐখোয়না তৌব থবক অসি খঙবা অতৈ কনাস্থ লৈতে, সেতু নহাক্কদি ঐঙোন্দা নয়ন থিবা খঙদ্রে শোয়দনা শিরমলগনি হায়বা শারি, ঐহাকস্থ নহানমথৈ নহাক্কী নক্না অদু অচুম্বরা হায়না খল্লমই। অদুবু সেতু ঙসি ঐগী ইচা বিমলাগী য়াঙাং তাক্লবদগী নহাক্কী য়া অদু ঐহাক্না খাজবা ঙমদ্রে ঐহাক্না খোনা ফনা হায়রিবা অদিনি নয়ন শিদ্রি মহাক ঙসি ফাওবা হিংলি।

সেতু— স্নাথ্বা থিবা হৌনবা খৈ থিজবদা মহাকপু কংদতুনা ঐহাক্না মাবু শিংখ্রে হায়না লৌজরবনি। অতুবু হৌজিক স্নাথ্বানা তাকপিরিবা অসিগী মতুং ইল্লবদি মহাক ওসি ফাওবা লোন্থুনা লৈবা তারে। স্নাথ্বা ইবুংঙো মুংশা থিবিগনু মহু রবু হি মমকবা'দ ঐখে মনা শোয়দনা কতুনা স্না চরন্দা কৎচগনি।

ভুবন— অচুম্বনি স্নাথ্বা মনাই সেতু, ভুবন হিংলিবৈদা স্নাথ্বাবু লাকাগদবা বনাগী মতিক লৈবগে, করিম্ম চিঙনবা লৈতনা লেঙবিরো স্নাথ্বা ওসিদগী হেন্দুনা ইশামক য়াওনা কোইথি থিদুনা ঐখে য়গী য়েন্নববু শোয়দনা কানবা হোৎনজগনি।

দুর্গস্না— (মেংকাখৎ তেন্দুন) মখোয় অনি থরা থরাই য়াওনা হোৎনোকো ঐগী মুংঙ ইবগী আশা পুম্বা নবানিগী নখুবক্তা লৈরিবান অতুগা ঐস্ম রাশক্কে তাও ইবুধো পাথংবনা সক্ষী ওইগনি ঐখোয়গী য়েন্নবা কাবা নুমিত্তা নবানিগী মাতিকচাবা মনা পিগনি।

সেতু—স্নাথ্বা ইবুঙো ননাইগী মনাদি নচা ইবেম্মা.......।

দুর্গস্না—শোয়দনা পিগনি অতুগী সাক্ষী ভুবন লৈরেদনা করে ওসিদগী হৌত্তনা নখোয় থবক পাঙনবা লক্রো ঐহাকস্থু চৎলগে (খোংকাপ ২/৩ থাংলুরগা অমুক হল্লক্কুনা) অদুগা রা অমগা।

সেতু—করি রা ওইরবনো স্নাথ্বা?

দুর্গম্বা—নম্বনবুদা কান্নগা ঐখোয় ইশনা লৈবা য়ারোই য়াম্বুঙ্গী মচানুপী অদুম্ব কানবা লাক্লগদবনি অদুগা ঐগী ইচা বিমলাবু থাজরম্বা কুঞ্জ হায়বদো ওন্থোক্লা খেরা থাংগদোরি মখোয় অহুম অসিবু ইখুৎ চল্লবদি ঐখোয় ইশনা পানবা ঙমলগনি, অসি খোক্লবা নখোয়না শীন্দবা য়াদে।

ভুবন—করি অমত্তা চিংনবিগম্বু সনা পুক্লিং থুংনবা ঐখোয়না শোয়দনা হোৎনজগনি।

সেতু—সনাখ্বানা তাকপিন্নিবা পুম্বা শোয়দনা হোৎনজগনি অদুনা নচা ইবেম্মবুদি...... ।

দুর্গম্বা—সেতু চিংনগম্বু ঐনা চায়ন্নিবা মীশকশিং অসি ইখুৎ চনবা সুমিত্তা বিমলাগা নহাক্না লুহোংবা সুমিৎনি, করে নখোয়না তোগদবা তৌহৌরো ঐহাক চৎলগে ( দুর্গম্বা খোকথিবা সেতু, ভুবন য়েংহোবা )

সেতু—অদুদি ইতাও, চৎলসি থবক পাঙনবা লাক্লরুরসি।

ভুবন—ভাইখোদা ইতাও, নহাক্কীদি কংগদবা মমা মশক খঙল-বনিনা মকৈ, অদুগা ঐগীদি মমা মশক খঙদবা অসিদা ইতন-হেক তল্লে ইতাও।

সেতু—নহাকপু করি মমা পাম্বগেনে, ইতাও এঃ অমা লৈরে ইতাও।

ভুবন—করিনো হায়যু ইতাও।

সেতু—ঐগী মনানা বিমলা নঙগী মনানা দুর্গম্বাগী ময়াম্বগী মচানুপী, অনিমক লৈমা শিজ ভাক্তা করম তৌই ইতাও।

ভুবন-অচুদি য়াম্না ফবা য়ানিনে ইতাও, অচুগা দুর্গম্নানা য়াবিদ্রবদি ?
সেতু—মানা য়াদবা ওবা নত্তেনে ইতাও মুপী মচা অনি অসি
ঐখোয়না লুহোংবা মতম অচুদদি দুর্গম্নাদি লৈস্রু লৈরম্নোই।
ভুবন—কদায়দা চৎখিগদৌরিবা ?
সেতু—ঐখোযনা মাবু হাৎতোকপিরগা মাগী লন-থুম অসি ইবানিগী
ওইহোগদবনি ইতাও হা....হা.. হা...।
ভুবন—অদুদি চৎসি ইতাও থবক অসি ৎনা পাঙথোকলুরসি
( অনি চৎকে তৌবা শেখর চঙলকপা )
শেখর—ইবুংঙোহোই নখোয় অমুক্তা ঙাইবিখো ঐহাক য়া অমতা
হংজখিগে ( অনিমক হঞ্জিল্লক্তুনা লেপ্পা )
সেতু—করি ওইরবনো খুরা ?
শেখর—ইবুংঙো নখোয় ঐগী ইচা কুঞ্জ হায়বা অদু মশক খঙব্রা ?
ভুবন—খুরা কুঞ্জ হায়বদি হন্দক্তা নৌনা B. A. পাস তৌদুনা
থোরকপা অদুরা ?
সেতু—ঙসি ঙরাং অসি মহাক্তা থোইদোকপা উনবা লৈতে, ঙাই-
খো খুরানা মহাকপু হংববু— করিগুম্বা খৎন-চৈনদুনা য়ুমদগী
চৎপ্রবরা ?
শেখর—ইবুংঙো, মহাক য়ুম থাদোক্তুনা চৎপ্রে ইচানা অচুম্বা
হায়জবা অদুবু ঐহাক্তা থোশারুদবনা ঙসি ঐহাক্তা অঙাও-
বগুম্বা ইচাগী খোঙগুন লৌর্ক্লবনি ইবুংঙো নখোয় খঙলবদি
মহাকী লৈকম অদু ঐঙোন্দা থরা তাকপিয়ু ?

ভুবন—খুরা ঐখোয় মাগী লৈকম খণ্ডদে, অদুগা করিগুম্বা মতমদা মহাক্না উনবা থোক্লবদি ঐখোয়না মাবু খুরাগী নকমদা শোয়দনা পুক্লরককি অদুদি লৈবিহৌরো খুরা ঐখোয় চৎচরগে (সেতু. ভুবন থোকখিবা শেখর য়েংহৌবা)।

শেখর—কদায়দনো ঐনা মহাকপু থিরুগদবা মহাকী মশক উদবদা ঐহাক ওহাক্ত লৈকম খণ্ড্রে. অহকপনি মচাগী প্রেম (নয়ন লাকপা উবা) এঃ চাক্লিবা অমা লাক্লে (নয়ন চঙলকপা) মহাক ঐগী বুক্তবু মশক খণ্ড্রা ?

নয়ন—মহাশয় যুমথোঙ, যুমথোঙ থুদিংদা ভিক্ষা তৌরগা জীব হিংনবা লাক্লবিবা ঐহাক্না খণ্ডদবা কনা অমুক লৈরমগদগে ?

শেখর—অদোদি হায়যু ঐগী ইচা কুঞ্জ হৌজিক মফম কদায়দা লৈবগে ? (সেতু. ভুবন লুমহুনা তাবা)।

নয়ন—থ ঙৈঙ্গশংবা মাগী লৈকম ঐ খণ্ডদে অদুগা নোংমদি মহাক্না ঐহাক্‌ লঙ্কাদা উনরমই।

শেখর—লঙ্কাদা ?

নয়ন—মানি মহাশয় কন্রবা রাবন নিংথৌগী মথুবাক্তগী জানকীবু উদ্ধার তৌনবগীদমক য়োং তেঙ্গোল. শওম তেঙ্গোল পুদুনা লঙ্কা লৈবাক য়োখে। অসিদগী চেনবা অতোপ্পদি ঐহাক খণ্ডদ্রে মহাশয়। (সেতু ভুবন ওক হাটবা, ২ থোকখিবা

শেখর—কবিনো নঙনা হায়রিবসিবো মহাশয় ?

নয়ন—মহাশয ঐহাক অতৈদি খণ্ডদ্রে ঐহাক চৎচরগে।

(থোকখিবা)

শেখর—মহাশয় মহাশয়! (তান্নখিবা সেতু, ভুবন থোরকপা)

সেতু—খঙলেদনা ভুবন কৌজিক্কাদো শোয়দনা নয়ন হায়বদু ওইবা তারে অতুনা মাবু..............।

ভুবন—কৈ চৎসি।

লাইট ওফ

## ২শুবা অঙ্ক

### ৫শুবা ঊৎপা—"মাধবীগী কুঞ্জ" (সুমিদাং)

(মাঙোল মচিদা ফমতুনা মাধবী ঈশৈ শকপা ঈশৈ তঙ্খাই চন্নকপদগী কুঞ্জ লোম্না চঙলক্কুনা মাধবীগী তুংদা লেপ্লগা মাধবীবু য়েংবা)।

#### ঈশৈ

নারক্কা শাৎপী মাধবী
খোইমু ইন্দ্রবী লৈঙ্গুংশি।
লৈরাংনা মখেল ফারগা
লৈমন চনগনি অরেম্বদা।
ইনুংনা শোয়া ঙানবদগী
থরানগী লৈরাং শাৎপা ফাও।
মথংলেন খৌরাঙনা ঙাইজবদো
অরেম্বনি খঙঙকো লৈরাং-ও।

মাধবী—মাধবী নঙনা নিঙজরিবদো অরেম্বনি, নারক্তা শাংপী লৈরাং নহাক্না করি মরমগী তমগী খোইমুগী আশা তৌরুরি। নোংমগী খোকউ থোকউবা লৈরাংনা মখোয়গীনি হায়না খনবা তমগী খোঙমুশিংনা মতৌ করম্না নারক্ত। লোত্তুনা শাংপী লৈরাং নহাকপু খিরক্কনি। চুম্মি মানা ঐবু খিরককম থোক্কে অত্তবু ঐহাক্তি মাবু কাউবা ঙম্লরোই মহাকপু উজবা নুমিৎগী ঐগী পরায় অসি মমল য়াওদনা মহাক্কী চরন্দা য়োনখোকখে। নুপী ওইবা ঐখোয়গী ইকাই ইকো পুম্বা থাপ্না থমত্তুনা চন্দক অমুক লাক্লবদি……।

কুঞ্জ—(নোকক্লেং তৌদুনা) মাধবী ঐহাক লাক্লে (মাধবী ঙকপা) ঙাইথো মাধবী নঙনা হায়গে নাংলিবা বাদে ঐহাক ঙম্মোক্তা খোঁরাংনা ঙাইরমলবা, হায়রে কৈদৌবগে মাধবী……।

মাধবী—(য়াম্না ইকাইনা) লেংবিরকপনু কয়া কুইরবগে?

কুঞ্জ—নহাক্কী ঈশৈ তম্বাও চংকপদগী ঐহাক……

মাধবী—ঈশৈ তম্বাই চল্লকপদগী? নহাক্সু নোংমতং লেংলেক-লম্লগা নুপী মচা ঐহাক্কী তাঙলবা পোৎ অমা হুন্দুনা পুবাখ্রে। অদুগা ঙাসম্সু মপু তাক্কনা লোম্না চঙলগা নুপী মচা ঐগী থম্মোয়গী অথুপ্পা পুম্বা লোইনা খঙদে কপিক্লে অসিবু করি থম্মনো ঐহাকতি অশেংবা চয়ঙ্গাঙ্রবাসিন নহান হুন্দুনা পুবাখিবা ঐগী পোৎ অদু পীবিরগদ্রবদি ঐহাক কৈদৌঙেদসু লেম্না তোক্লোই।

কুঞ্জ—মাধবী ঐদি নঙগী কংদুম থোইদোকপা পোৎ সোদেনা নঙনা ঐবু অত্তুক শাউরিবা করিগীনো ?

মাধবী—তোঁবীগনু ঐগী পোৎ অদু পীবিরম্মু লাইবক থিবা ঐগী পোৎ অদু লৌবিরগা ইবুংঙোদা করি কাম্নগনদগে ? (কুঞ্জ য়াম্না রানা রাখল তৌবা অদু উবদা মাধবী নোকফেং তৌজবা )

কুঞ্জ—মাধবী ঐহাক ঙসি কাংলবা কনাগী মপোৎ অমত লোম্না লৌবিক্লে।

মাধবী—তৌজিক ঐহাক্না পোৎশক তারবনি ?

কুঞ্জ—হায়দ্রু অমুক্তা হায়রু মাধবী ঐহাক নীংশিংবা থোক্লে।

মাধবী—মুপীমচা ঐহাক্না কাংলবা থম্মোয়বু হূত্তনা পুবিথগা তৌজিক লৌদে হায়দুনা চে-বনি কদায়দগী মাগদগে ?

কুঞ্জ—হা—হা—হা— ঐদ চান্নবা নুংশা থিকরে চমহ মাধবী নহনা হায়রিবদো অশেংবনি। অদুগু লোম্না লৌবদি নত্তে। খুম্ম যাদবা ফিৎকী ইঙ্গিৎনা ঐনা নত্তোম্দা তাকলমই মাধবী পোৎশক অসাদ ঐহাক অনক পীবা ঙমলোই দিবানিশিদ ঐগী থম্মোয়ন্নুংদা চেৎনা থমগনি।

মাধবী—মতুদ ঐনা যাদ্রবাদ ?

কুঞ্জ—ঐগী থম্মোয়গী লৈশি লৈখোরবা হৈত্রবা অচুম্বা রাহৈ অদু তাবদা মপু অদুদি হায়রুগনু মুং কাওবা পেৎকান।

মাধবী—করম্ব রাহৈনা হায়গদৌরিবা ? অমুক্তা হায়য়ু ?

কুঞ্জ—মাধবী নঙবু এনা য়াম্না নুংশি। ইবানি লুহো বিসি হায়দুনা অহল লমন্না রাশরথি হায়না লোয়, এখোয় ২ চঙদুনা অহল লমনগী রাশক ঙাকলোইদ্রা? করম তৌই নঙগী থম্মোয় অদু থরদি পেংলবিগনি।

মাধবী—করিসু পেংদে।

কুঞ্জ—কৈ কয় কুইনা খাঙহনগে য়েংসি। মণিপুর সু লৈবাক অসে চৈংলোন মাপলনা ইকোয় কোযশনখ্রে। ময়ায়দা নাতামতা শাংলি অদুগ এনা লেপ্পুনা য়েংঙি হন্দকমুক্তা পেংলবিগনি?

মাধবী—হা....হা... হা...( নোকপা )

কুঞ্জ—করম, কে ই পেঙবা ঙম্বা?

মাধবী—পেংলে পেংলে মহু নেহনা পেংলে ( অনিমক নোকমিন্নবা নয়ন চঙলকপা )

নয়ন—ইবুংঙো নহাক লাক্লম্মা কয়া বুহবে।

( মাধবী হন্না য়েংলক্লগ চঙখিব )

কুঞ্জ—বাবা এহাক ঙহাক ওইজবে।

নয়ন—ইবুংঙো নহাকী থবক্তি করম করম তৌরি?

কুঞ্জ—বাবা মরম পুম্নমক দারোগা বাবুদা হায়জরে মহাকশু য়াম্না হন্নাওনা এখোয়গী হৌং পাংবগনি হায়।

নয়ন—মুংঙাইহরেদা। এহাক্তি তোকম থঙলহৌনা লৈরম্বা অপঙবা অমনি, নহাক্না থরা থরায় য়াওনা হোংলহৌনা মুপীমচা অসিবু অরাবদগী কোকহন্নবা লাকনৌকো ইবুংঙো

কৃষ্ণ—বাবা করিম্ভ চিংনবিগন্থু বাবাগী মীৎবা থুংনবা এৈনা ঙম্ব মথৈ লাইরম্ভগনি। এৈনা ঙসি লাচবস্থ মবম অসিগী বাবাদা তমজগে হায়দুনা লাকচবনি অদুদি বাবা সুমিংস্থু ত্থেং এৈহাক চৎচরগে

নয়ন—ইবুংঙোদি করি করি হায়রবগে?

কৃষ্ণ—বাবা এৈহাক যম্না চাজরে চৎচরগে বাবা।

(থোঙাজিন মপানদা লেংম্না য়েংজবা মাধবীদগী মিৎচিনা নিদয় লৌবগ থোকখিবা)

নয়ন—ইবেম্মা পোৎচৈ অসি লৌশিনলে সে (মাধবী থোরক্লুনা চৈ চাক পুশিবা) খুশিথেদা অচাং অসে করম্না ফুমৎ খাদা এৈগী হচ মাধবীগা মতাক্ত পুম্না লৈনিন্নবদো হায়মৎ অসিনা উবা ফংগবা। হা গোবিন্দ ইবুংঙো নমাকগা নোংজবা অসিদদ কায়হনবিগন্থুকো।

(মাধবীনা খাঙ খুৎ হায়রব ঈশিং পুরকপা)

মাধবী—বাবা থেঙ-খুৎ হায়নবা ঈশিং লৈবে।

(নয়ম্না হান্না লোইবা। মাধবীনা কৈদোকপা ডকু লাকপা খুনং খাদনা) বাবা (মপাগী মনাক্তা চেনশিনবা)

নয়ন—করি তৌরে ইবেম্মা (ডাক্ত ময়াম উবা নয়ন ঙকপা)

সেতু—(চুরি উঙ্গুনা) এৈহাক্তা পাযরিবা অসি, য়েংউ নথোয় এৈনা হায়রবদা লাউরবদি অরেম্বদা নথোয় মাঙদুনা তোক্নি।

নয়ন—নখোয় কনা কনানো?

ভুবন—কনানো হায়বা ঐখোয়গী কিবম অসি উবদা খঙদ্রা ঐখোয় লুট পাগিনি।

মাধবী—( কিনা ) বাবা।

নয়ন—কিগনু ইবেম্মা ইপা লৈ। চাকনিবা ঐহাক্না ইমুংদা কৱি মাল কংগান হায়দুনা নখোয়না লুট তৌবা লাকলিবা ?

সেতু—ঐখোয় মালগীদমক লাকপা নত্তে, নবা'নবু ফাবা লাকপনি।

নয়ন—মরমদি ?

সেতু—মরমদি নহাক্না নযম্লি অতুগা অসিনা দুর্গম্নাগী মযাম্নুংগী মচা দুপীনি বেরা তৌরবদি অবেম্মদা নথরাই মাঙগনি।

( ময়াম চঙদুনা পুনবা অদুগা পুদুনা চৎখিবা )

লাইট ড্রোপ

# ৩শুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা—"দুর্গম্নাগী অল্লোননবা কা"

( মাধবী, নয়ন বন্দি লৈবা )

মাধবী—বাবা ঐখোয়গী ইরাল করি লৈদুনা ঐখোয়বু ফাদুনা থম্লিবনো ?

নয়ন—ইবেম্মা নঙগী রাহং অসিগী ইপাবু কৱি হায়না পউথুম পীসিগে। ইবেম্মা ইপা ইচাগী কৱিস্নু দোষ লৈতে অদুবু ইপা ইচানদি উপায় লৈত্রবা লায়বক থীবনিনা ভমই হায়দুনা ঐখোয়বু য়ুম অসিদা ফাদুনা থমলিবনি।

মাধবী—বাবা য়ুম অসিবু কনাগীনোনে ?

নয়ন—ইপাগী ইবেম্মা, ইপাবু করি হায়না থুমসিগে ? মাধবী য়ুম অসিগী অশেংবা মপু থিরুরবদি নহাক্নি।

মাধবী—করি হায়বা বাবা ?

নয়ন—অশেংবনি ইবেম্মা নোঙ্গাথ্রবা নপাবু'গী অশেংবা য়ুমমক্নি অচুবু হৌজিক্কি নুংশি হৈত্রবা নথুরাগী ওইথেৎ পুকচেল ফত্রবা নথুরাক্তগী শরৌদগী ওসি ইপা ইচাবু য়ুম অসিদা ফাদুনা থম্লিবনি।

মাধবী--বাবা ঐথোয়বু কারগা করি তৌগদৌরিবনো ?

নয়ন—করি তৌগনি ইবেম্মা, ইপা ইচাবুস্থ সংসার অসিদগী তান্থোক্লগা মহাক্না য়েথাই থিঙ্গাইবা লৈতনবা শীনবনা নথুরাগী অমত্তা ওইবা রাথলনি।

মাধবী—বাবা অচুদি ঐথোয়গী চিংনবগী উপায় লৈত্রব্রা ?

নয়ন—ইপাগী ইবেম্মা, শ্রীগোবিন্দা কন্না নীংউ, লাইবক থীবগী অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রে।

( দুর্গম্না চঙলকপা )

দুর্গম্না—করম তৌও মীনাই কয়া কুইনা নহাক্না ঐগী ইমিত্তা উফুল চাইদুনা লৈগনি। হৌজিক্কি থঙলেদনা চুরানবগী ভম্লানি মপুগী নোংমা হা—হা—হা।

নয়ন—স্নাথ্রা করম্বা মতমদা ননাই ঐহাক্না স্নাথ্রাগী পোৎ চুরানলবগে ? দুর্গম্না—নহাক কাউরে মিনাই য়াম্বুংগী মচানুপী চুদুনা পুথিবদু নহাক নত্রা ?

নয়ন—স্নাথ্‌। অদুদি হুয়ানবা নত্তে, ঐগী ইবুংঙোগী মচাম্নুপীগী মথয়াই হিংনবগীদমক মফম অমদা থৈদোকচবনি।

দুর্গম্না—মীনাই—মফম অসিদা লৈরগা ইচা অদুবু কনানা চাংক-দোরিবনো?

নয়ন—কনানা ওইগনি? পৈশাগী ময়াইনা নয়াম্বু অমম্তং নত্তেমবু মতম চাদনা সংসারদগী তাম্থোকপা ওম্বা শয়তান অদুমনি।

দুর্গম্না—ভুামল লৈয়ু মীনাই নচিন থিগণু।

নয়ন—ঐহাক্না হায়রিবা অসিদা করি অরানবা য়াওবগে নহাক্না। হু, পীজদুনা ঐহাক্না ইবুংঙোগা ইবেম্মগা মতম চাদনা সংসার অসিদগী তানথোকখিবা নত্রা?

দুর্গম্না—মীনাই চিনথিবা।

নয়ন—অদুদস্নু নওে হবুংঙোগা ইবেম্মগা লৈত্রবা মতুংদ পীক্লবা করিম্নু খঙদ্রিবা অভাং অদুদা নহাক্না মিৎয়েং চঙলক্লে মত্তো অদু উবদা মিনাই ঐহাক্না শয়তান নহাক্না নথুবাক্কুগী ইবুংঙোগী মচাম্নুপীগী মথয়াইদদি কন্নবা হায়দুনা অহিং অমদা হুত্তুনা পুরনি।

দুর্গম্না—চেকশিল্লু মীনাই, নহাক হৌজিক ঐগী বন্দিনি ঐঙোন্দা করেম্নরবদি অরেম্বদা নথয়াই অদু……….।

নয়ন—হা—হা—হা—পোকমিন্নবা ময়াম্বা ফাওবা পৈশাগী ময়াইনা হাৎপা ওম্বা নহাক্না মফমদদি মী অমা হাৎপদি লবুক্তুগী থয়োই অহাম্বা অমা কায়বগুম্বনি অদুবু অদু খঙনা খঙনা ঐহাক্না হায়গে হায়দুনা হায়রিবনি নহাক্না তৌনিংবা

থবক তৌবদা ঐহাক্কী করিস্ন বেরা লৈতে।

দুর্গস্ন।—কৈ খঙগনি অদুদি পীজদবতনা খুৎলাই ওইদুনা ঐহাক্কা শোয়দনা হাৎকদবনি কানানা নঙবু কনবগে য়েংসি (মাধবীদা) ইবেম্মা নঙদি ইপাগা মুংঙাইনা লৈরুসি।

মাধবী—ঐহাক বাবাগী নাক্তা অস্থুম লৈজগে, পিশক পিক্কা য়োক-পিরকপা বাবানা চরা হেন্দুনা লৈরগা ঐনা করিগী মুংঙাইনা লৈকম থোকপগে?

দুর্গস্ন—ভোগদু ইবেম্মা মীমাই অসিনা পংহাই হায়জিনব, অদুদা নহাক্কা ইপাবু য়াম্না ফগুনা লৌরমান্নে।

মাধবী—পাবুং নহাক মখৈদি পাবুংগী মরমদা হায়বা পুম্নমক ঐহাক্কা থাজবা ওমলমদে অদুবু ওসিদি পাবুংগী রাঙাং তাবদগী পাবুংগী অশেংবা খঙজরে। পাবুংবু ঐগী থুরানি হায়গদৌবগী শরুকপুদি নহাক মখৈ লৈরকপগী লৈরকপা পিদৎ পাদৎপা মচা ওইনা অস্থুম লৈজরগে।

দুর্গস্ন—অদুদি নহাকস্থ চরা হেন্দুনা শিবা লেপ্লে।

মাধবী—নচা ঐহাকপু থাঙ্গেখেংনা নুংশিরমগদবা ইমা ইপাগী নাক্তা লৈজরুরগে মরুম অদুদি লাইবক থিবী ঐবু ওৎপিনবা কনা অমতা লৈরমলোই।

দুর্গস্ন—করে অদুদি নখোয়গী ননিং থুংনবা ঐহাক্কা শোয়দনা শীনগনি। (শাউনা থোকখিবা)

নয়ন—ইবেম্মা নঙনা ওসি তৌবা চুমদে ইরেম্না মুংঙাইনা চা-থক্তুনা লৈরুগদবদা করিগী ইপাগী নাক্তা লৈবা পাম্নি নহাক্কী

নথরাইদদি হিংনবা হায়দুনা ইপানা অদুক রানা হোৎনরক্লগা করিগী শিবা পামজি ইবেম্মা ?

মাধবী—বাবা ! নহাকপু অরাবা কিবম অসিদা থনমলগা ঐহাক হিংবা পামজদে পীশক পীকচিংহৈদগী ঐনা ৎঙহ্নরকপা ইপাদি নহাক্তন করিসু অকিবা ভুড়ংবা হৈদনা বাবানা চৎপা লম্বীদা নচা ঐহাবস্তু নোংক্লা ২ হৈনগনি ।

( বিমলা চাক পুদুনা চঙলকপা)

বিমলা—(পুথম থংদুনা) বাবা নুক ঙসি হাগিয়ু, মী ঙহৈনা লোরগা চাক যাঙদ্রবদি কয়া কুইনা হিংবা য়াগদগে বাবা ?

নয়ন— ইবেম্মা অসিনা নপাবুংগী কয়দা লৌনম অমনো ?

বিমলা—বাবা ! চিংনবিগন্ন ঙলাই পাবুংগা ঐথোয়গা ঙংনবা য়াদো ঐহাক লুমদুনা লোইনা ঙাই পাবুংনা নথোয়বু চাক পীজরোই হায়বদো থঙকদুনা ঐনা লোম্না চাক অসি পুদুনা লাকপনি থুনা চাথোকপিরো পাবুং লাকপনা হাল্লগনি

মাধবী—বাবা ··· ··· ····

নয়ন —মাধবী নবানী মংহন ননাঙনি । ইবেম্মা নঙগী নমিংদি করি কৌই ?

বিমলা—ঐগী ইমিংদি বিমলা কৌই, মাধবী ইবানিদি চহি অমতনি অদুনা মিং মিং হেক্তা কৌমসি মাধবী ! ইচিল ইনাওদি ঙসিদা মথঙনরি । ঙসি ঐনা পূরকপা চাক অসি হয়াও হয়াঙনা চাওকো মাধবী ।

মাধবী—বিমলা, ঐথোয়বু চাক পীজংদি পাবুংনা থঙদুনা নঙহাকপু

অমূক অৱাবা পীৱবদি কৱম তৌগনি ?

বিমলা—চাক অসি অমুক্তা হায় চখো চাক চাৱবা মতুংদা পাবুংনা খঙলক্কুনা ঐবু দগি পীগে হায়বা মখৈ পীসনু কৱিস্ক বেবা লৈতে সে বাবা চাক অসি চারো।

(মাধবী নয়ন চাগে তৌবা দুর্গশ্ন চঙলকপা পুথম কাওবা)

দুর্গশ্না—(শাওনা) বিমলা

বিমলা—মন্নি পাবু, চাক অসি ঐনা পুৱকপনি।

দুর্গশ্ন—ঐনা চাক পীজবা য়াদে হায়চনা থিংলগা নচাক্না লোম্না পীজগে তোৱমলিবদি কৱি মৱমগীনো ?

বিমলা—পাবুং মখোয়বু চাক পীজদনবা মৱম কৱিস্ক লৈতে।

দুর্গশ্না—কৱিগী ?

বিমলা—মৱমদি ঐখোয়দি চুন্না মীগী মপোৎ শংবিবচনি মপু অশেংবদি মাধবীনি।

দুর্গশ্না—তুমিল লৈয়ু তানিংদে চৎখ্রো চৎলো।

বিমলা—পাবু তৌবগনু ফনমক তং বিধুনসু মাবু চাক পীজননা খঙ্গা হৌনদে, পাবুং কৱিগী অদুক য়াম্না ইচা মীচা খায়বিৱিবনো মাধবীদি পাবুংগী নচা নত্রা ? নহাল মখৈদি মকম খঙদনা লৈকংৱবসু হৌজিক্তি মাধবী যুম য়োৱক্লে পাবুং হৌজিক মাধবীবু নচা ঐমকনি হায়না খনবীৱোনে পাবুং ওসি পাবুংগী শাজৎ অসি উবদা ইপল ইবুংঙোগা ইমা ইবেম্মাদি প্রেমগী ইন্না শিস্থৱিগনি পাবুং, পাবুং, অমুক্তা ৱাখল তৌবিয়ু।

দুর্গেশ —( শাওনা ) সুপী নচা অদিদি হৈ শিংলেনা ভ নিংদে চৎক্রো
( ইন্দুনা পুথিবা )

লাইট ওফ

## ৩ শুবা অঙ্ক

### ২শুবা উৎপা—লবাই লম্বী

( লৌউবা মুপা ২ চৎলমই কুঞ্জ চঙলকই )

কুঞ্জ— ইচল ইনঙল । রা অনভা হজখিগেবা ?

১বা লৌউবা —করিনো মহাশয় । করি হায়নিংবা লৈ ।

কুঞ্জ— ইচিল ইনাওল । মাদগী মুন অসিবা লৈবা মপা মচানো কদায়দা চংখিবগে কায়বা নখোয় খঙ-সাকপ্রা ? খঙলবদি ঐভান্দা মখোয়গী চৎকম অমুক্তা তাকপিয়ু

২বা লৌউবা —মহাশয়, ঐখোয়স্ত ওকহুনা লৈরিবনি । ঙসি হুমনি শুরে মুম অসি মপু য়াওদনা লৈরিবা ।

কুঞ্জ— ঙসি হুমনি শুববা ?

১বা লৌউবা—মান্নি মহাশয় ঙসি হুমনি শুরে, মখোয়না চংখবা মরমদি ঐখোয় হায়বা ঙমদ্রে ।

কুঞ্জ— ( হুশা হোন্দুনা ) অদুদি লৈবিহোরো মহাশয় !

( লৌউবা থোকখিবা )

কুঞ্জ— ঙসি হুমনি শুরবা ? য়ুম থাদোকললগা মখোয়না চৎখি-বসি কদায়দা ওইরিগবা ? মাধবী নংহাক্না চেংলংদায়দা ঐচোন্দা তাবকমদ্রিবা করিগীনো নহাক্না ঐবু মুংশিবরু অসিরা ?

( সেতু ভুবন চৈ পায়দুনা চঙলকপা )

সেতু— নহাক্না অদুক য়াম্না ৱানা মুক্কম ২ শোল্লিববু করি তৌরবগে ? ( কুঞ্জ মুম্না য়েংবা )

ভুবন— মীনা ৱা হংলগা ৎমগেদি হায়দ্রদনা করি য়েংবা শারিবনো মরোলবু খোক্ত্রা করিনো ?

কুঞ্জ— ( শাওনা ) নখোয় মী আমনি অদুগা নখুৎতসু ৷ অমমম পায়রে অসিরা মখোয়না খল্লিবা ৱাথল । হায়বিগে তাজো ঐহাক লোল থোক্কবা মস্তে, নখোয়গুম্বা ৱা ঙাংবা হৈতবা ভুতকা ৱা ঙাংবানিংদদুনা তৌবনি !

ভুবন—করি ভুত হায়বা ভুতকী ইতিক খঙউ।

( চৈনা ফুবা কুঞ্জ তূবা )

লাইট ওফ

## ৩শুবা অঙ্ক

### ৩শুবা উৎপা

বিমলাগী মাঙোল—মমাগী ফোটো অমা থেৎলি

বিমলা—হা কুম্ভ ৱাংখ্রেদা, কর উপায় তৌসিবা পাবুংনা মখোয়র পুনবা অদু থাদোকচরগা ঙসি ৱাঙবদ ঐহাক্না খরা ঃ

লোম্না পীক্তদুনা নয়ন বাবাগা মাধবীগা হিংলি, অসিসু ক'রগুম্বা পাবুংনা খঙলকপা থোক্রবদি অকিবা ফংলবা লাঙ্গাও অমা শোয়দনা থোরক্কনি, পাবুং নহাক অসি ওন্থোক্না ফংখিদ্রেদা (মমাগী ফোটোদা যেংলগা) ইমা নুংাশ ঙৈত্রবা পাবুংগী নাক্তা কবিগী লাইবক থীবা মচা ঐবু হুন্দোকপিনম্রিবনো, ইমা, নচা ঐবু লৌশিনবিরো পাবুংনা জৌবা পাপকী থবকশিং অসি নচা ঐনা য়েংদুনা লৈবা ঙমজাদ্রে। মরাইবক থীরবী মাধবীবু পাবুংনা ওৎলিব'স ইংা নঙ'দ উদ্রবরা? নচা ঐনা হায়জবদি পাবুংনা ৺াখিদ্রে ইম নঙনা অমুক্তা লাক্কুনা পাবুংনা পাপকী থবক তৌদনৰ অমুক্তা হায়খিযুনে, করিগী থুমজিবনো ইমা নহাকসু য়াৎনা লাইবক থীবা নমোমবু লুংশিজবরনে ইমা।

(কপ্পুনা ফোটো য়েংলিঙৈদা দুর্গস্না চঙলকই)

দুর্গস্না—ইবেম্মা বিমলা নঙবু কপলিববা?

বিমলা—কপে পাবুং।

দুর্গস্না—মচিন্দদি কপে হায়বশাবি, অদুগা নমায়দি লোৎপা য়াদ্রে, ইবেম্মা, দিবানাশদা নঙনা কপ্পুনত্তা লৈবিবা করিগীনো?

বিমলা—পাবুং ইমাগী ফোটো উবদা ঐহাক লুংঙাইতদুনা কপথোকলুরে।

দুর্গস্না—ইচাগী লুংঙাইরবা পাউ অমা তমগে হায়দুনা ঐহাক

হরাও ২ মা লাকপনি অহৌবু নঙনা কপপ্তুনা। লৈরম্বা অসি উবদা ইপা পাউ অদু তম্বা ঙমদ্রে।

বিমলা—(নোকফেৎ তৌদুনা) পাবুং হোৎজিক ঐহাক কম্না তৌগে, পাউ অদু তম্বীরো।

দুর্গম্না—অতৈ নত্তেদা নহাক ইপা ইংাদা লংনবা পাখং আদা ঐগী মরুপশিংনা মকোক থুগাইরগা ফাদুনা পুরক্লে হৌজিক ঐখোয়গী যুমদা লৈরে।

বিমলা—কয়ম্বা পাখঙনো পাবুং?

দুর্গম্না—লুহোংগদবা হয়েং হংাচংতা ঙায়বদা ঐখোয়বু উশিংতহনা চিঠি পীরকুনা হায়দোকলকপদে, নহাক কাউরব্রা ইবেম্মা?

বিমলা—মতুং দি মহাক্কী দোষ লৈতে মপাগী সত্য ঙাকনবগীদমক মহাক্না চিঠি অদু পীরকপনি।

দুর্গম্না—করিগী দোষ লৈতনি মীয়াম মমাঙদা মানা ঐখোয়বু ইকাইবা পীখিবা অদু ঐখোয়না করম্না কাউগনি, মানা তৌখিবদু কাউদবা মরম্না ঙসি মাবু ফাদুনা ঐগী যুমদা........।

বিমলা—পাবুং, মাবু ফারগা কৰি কাম্নগদৌরিবনো?

দুর্গম্না—বিমলা জগৎ অসিদা ঐগা ক্কা য়েক্কা কন অান্তা থমলোই, তপ্না কনাবুম্তু তপ্ত খঙহন্দনা য়েক্কবা পুম্নমকপু মাঙহল্লগা ইপানা ইঙন খুয়া তুশিংনা পানবা ঙমনবা শোয়দনা লাক্লগনি।

বিমলা—পাবুং। অদুগুম্বা রাখল তৌবিগ্‌।

দুর্গম্না—বিমলা ইপানা তৌগে নীংব থবক্কি কনানম্তু বিংবা ঙমলোই।

বিমলা—পাবুং, লাইবক থীবী নচানা রারগা পাবুং লুংভাইগদ্রা ?

দুর্গম্মা—নহাক্তি করম্না রাগদৌরিবা ?

বিমলা—পাবুং, পাবুংনা তাকপথিবা লুপী ওইবীগী পুন্সিগী অমত্তা ভায়জরবা পুক্নিংবু করম্না তোংগদগে পাবুং ।

দুর্গম্মা—তুমিল লৈযু বিমলা, নমার অদু টকাইরু ? মীনা নত্তবু লৌবা ভমলোই হায়রবাক্তদা নগাক্না নমত্থনা লৈগেরা ।

বিমলা—পাবুং অদুগুম্বা পাঙ্গল নচাগী লৈব্রদে। অদুনু মৈতৈ নুপীগী মচুং চল্লবী নচানুপীগী সতিত্ববু পুক্নিংতনা ওইরবত্থ ভাকবা হোৎনজবদা নচাগী অরাবা লৈঙ্গরোই পাবুং ।

দুর্গম্মা—তুমিল লৈযু নহাক্না খল্লিবদু অরেম্বনি নহাকপুনি ইপানা অতোপ্পা লুপা অমদা ।

বিমলা—পাবুং !

দুর্গম্মা—মথা তাগনু বিমলা, নগাক্না সেতুগা শোয়দনা লুহোংগদবনি নশানা য়াদ্রবস্তু ঐনা নমতনা তোঙগনি ।

বিমলা—( মপাবুং চিংনা থোংলমনগা মমাগী কোটে দা তুশিদুনা ) হৈমা ! লাইট ওফ

# ৩শুবা অঙ্ক

## ৪শুবা উৎপা—"লক্ষ্মী"

( সেতু, ভুবন চঙলকপা )

ভুবন—ভসি নথরাই য়াম্না নুংভাইতনা উববু করি তৌরবগে ইতাও—করিগী থুদমনো হায়যুবে ইতাও নহাক্কী মরুপ

ভুবন ঐহাক লৈবিদৈদা নহাকপু কনানা লাকচবগেনে ইতাও।

সেতু—ইতাও, ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসি অপম্বা তাগ-দৌরিব্রা থগদ্রে!

ভুবন—করম্বা থবকপুমোনে ইতাও?

সেতু—হেরা, নয়ন, মাধবী, কুঞ্জ অহুম অসিবু ঐখোয়না ফাক্ক-রিবা অসিবুনে ইতাও।

ভুবন—মখোয়বু ফাকরগা করিগী অপম্বা তাগদৌরিবনো ইশাং।

সেতু—নঙস্ত থন্দুনা ময়েংউ হায়নবা মতুংইন্না ঐখোয়গী থবক্কি পাঙথোক্লে অদুবু দুর্গম্নাদি মাগী মখো কাউশিন্নদুনা লৈরে আসদবু করম্না লুংভাইগদগেনে ইতাও? ঐখোয়বু অপম্বা খিদুনা শীঙিন্নবগুম তৌবা অসদা ঐহাক পঙশাউদা শাউনিংঙ্গ্রে।

ভুবন—হেরা ইতাও মদুগীদমক্তা ঙইরবদি করিস্ত চিংনকুগনু, ভুবন ঐনা শাঙ্কিনি, মোংমা নিনি অসি মকপ মপানি অমুক য়েংবিখিসি অসিদা কবিগুম্বা শোয়বা থোক্রবদি ঐহাক লৈ ইতাও দুর্গম্নাগী মঙক অদু য়োংতি নংঙদনা?

সেতু—অদুবুদি চুম্মিনে ইতাও, অদুদা ঐহাক্লা চিংনবা অমতং…।

ভুবন—করি চিংনবা ইতাও?

সেতু—ইতাও ঐখোয়না পুক ফত্তনা লৈরিভৈদা মচানুপী বিমলাবু অতোপ্পা লুপা অমদা অমুক….।

ভুবন—অসিগী মরমদা নহাক পাউ থরা ফংব্রনে ইতাও।

সেতু—পাউ ইকং কংদনদি, ঐহাকসু খদায়দগী শেমজনহুনা হায়গদদগে ইতাও।

ভুবন—পাউ কংই হায়বা? অহুদি নঙগী পাউ অদু অমুক্তা ভম্মু ইতাও।

সেতু—অঙকপনি ইতাও, নহান ইবানিনা মকোক থুগাইরগা ফারকপা পাখঙ অদুবু নিঙিগী বিস্লানা সেবা তৌরি, হায়রিবা থবক অসি ঐহাক ইমিৎমক্লা উরক্লবনি।

ভুবন—ইতাও থবক অসি মপাদি থঙত্রা?

সেতু—করি হায়নোনে ইতাও! মপানা য়াদনা মহাকী য়েক্লবা পাখঙ অদুবু লৈশাবী অদুনা মতৌ করম্না সেবা তৌগনি অদুগা ইতাও নুপীমচা অদুনা মমিত্তগী মপি মতুম মতুম শিন্থদুনা পাখঙ অদুগী সেবা তৌবা অদু উবদা ঐহাক্কী থম্মোয় অসি পুবা য়াখিদ্রে, ঐহাক্কী থরায়না য়াম্না শোক-খিবসে অদু উবদগীনি।

ভুবন—ইতাও নুপীমচা অদুনা কপ্পা ২ সেবা তৌরিবদি করি মরম্-গীনো ইতাও।

সেতু—করিগী ওইগনি ইতাও পাখঙ অদুনা মাগী মফমদা চৎখিবা মরমচৎ অদু খল্লুবদা মহাক্লা মতৌ করম্না সেবা তৌনিং-গদগে? অদুবু মপাগী য়াথংদি হিক্তোকপা ঙমদ্রনা মথরায় য়াম্না শোক্লা মানা সেবা তৌবা অদু উবদা ঐহাক্কী থম্মোয় অসি পুবা য়াখিদরে ইতাও।

ভুবন—নহাক্কী য়াশি তাবদা নুংঙাইখিদ্রেদা ইতাও হৌজিকমক

হেক চংহুনা ডুর্গশ্বরবু লোইখোকনিংইদা, অদুবু ইতাও থরায় নুংঙাযতবা তোগমু মাগী চেং থরা লৈদুনা মহাক ঙসি ফাওবা ঙিংহুনা চংলিববি, নোংমা নক্রগা নোংমদি মহাক ঐখোয়গী ইথুত্তা শাধরাদবনি করে ইতাও অসিগী রাসি থমথিন ঐহাক রা অম হংগে শেংনা থুম্মু।

সেতু—করি রানো ইতাও?

ভুবন—ইতাও বিমলানা নঙোন্দা প্রেম লৈবগী ফিবমদি থরা উবরা? মহাক্কদি করিমতা খোংগ যাদনা নহাক্কা নোংবান পংশাদা শাবা জগৎ, অমক হয়রু তাসি ইতাও।

সেতু—হেরা ইতাও নঙমু পঙগায় হেক শায়রে, মাগী ইঙ্গিং থরা ফদনবু মীনা তৌবা হোনম্রবা তুঙ্গু লৈবা থবকশিং অসিবু ঐহাক্কা কনাগনগী তোগদগেনে ইতাও।

ভুবন—শাউগমু ইতাও, মানা নঙবু মুঙশিরমগনি শায়বা ঐহাক থঙই। অদুবু মহাক্কা নঙোন্দা ঙাংবা রাঙাং-শঙাং নহাক্কা নকমদা চংপা লমচং অমু ঐহাক্কা থঙানিংহুনা থোহুনা হংবনি।

সেতু—অহুম তেহুমা শেংনা হায়বুদনা ইতাও। নঙগী নকমদবু ঐনা করি অমুক থুপকদগে, ঐহাক মাগী মরমদা রা অমা তমগে তাও—ইতাও নোংমনে বিমলাদো মখোয়গী মাঙোন্দা হরাও চবাওনা লৈক্রবমিন অহদা ঐহাক্কা মতৌ রেংগে হায়হুনা হংলুরনে ইতাও, করি হায়না হংলুবগে হায়ববু "ইবেমা থরা নুঙাইবিরিবরা" অদুগী

হুমিংকী মতো অভু উবনা ঐহক মাবু কাউবা ঙমখিদ্রে।

ভুবন—মানা করম তৌবিবা ইতাও ?

সেতু—ঐগী রাহং অভুগী পাউখুম পীবদি হায়রুগদবু মমায় মমিং ঙাংশং ঙাংলদুনা ইমুংদা কোক হেক চঙখি ইতাও।

ভুবন—বাঃ—বাঃ রা অভু হ বতদা মমায় মমিং ঙাংশং ঙাংদুনা ইমুং চঙখ্রিবা ইতাও।

সেতু—মাখিনে ইতাও! ইমুংদা খুনা চঙব্রে মী হায়বা অসি-মকুবু খরা লুংশিনরবদি মমায় পূবা ঙমনখ্রিবনিনে হতাও অহবু মহাক্কি অভুগী হন্দোক্লুনা ঐহাক্কা ইমাংদা কাওবা লেপ্পা ঙমদ্রগনা ইমুংদা কোক হেক চঙখিবানি ইতাও অদনা ইতাও যানা অদুগী খুদিংগী ঐতেংন্দা উংবা হাকং অদুনা মরম ওইদুনা অকবা কংলবা থবকশিং অসি ইলায় লায়না পাঙথোকপা ঙম্মিবনি।

ভুবন—হা—হা—হা—মহাক্না নগাকপু লুংশিনবী প্রেম অসি অঙকপনি ইতাও ইংরেজী লোন্দা অসিগুম্বা লুংশিনবদু True love কৌই ইতাও।

(দুর্গম্বা চঙলকপা)

দুর্গম্বা—নবানিনা য়াম্না হরাওনা ৱারা শারিবগু কনি মরমনীনো ?

(ভুবন সেতু থুকম্বা)

সেতু—মথোং চাবা রাবী নত্তেনা স্নাথ্বা অদুক নোকসি হায়দুনা পঙঙাঙ ঙাঙনবনি।

ভুবন—স্নাথ্বাদি কদায়দা লেংগদৌরিবা ?

দুর্গস্না—ঐহাক বামোন অমত্তা থিগে হায়দুনা থোক্লকপনি।

ভুবন—করিগী বামোন্নো স্নাখ্বা?

দুর্গস্না—সেতু, ভুবন ঐহাক্কী থবক পাংথোক্লগা তুমিন্না লৈথোকপ্রে হায়না নখোয়না থক্লম্বা য়াই। অদুবু থাংগৈশেংবদি ঐহাক তুমিন্না লৈথোকপা নত্তে। করম্বা কিবমদা বিমলাগা সেতুগা লুহোংবিসিগে হায়বা অদো ঐহাক দিবানিশিদা খল্লিবনি।

ভুবন—বামোন থিবা লেংতিবদি লুহোংবা শোননবগী দমক্তা ওইরব্রা?

দুর্গস্না—মান্নি ভুবন মন্দকী লুহোংবসি কোংনা হোংবদা বিমলানা বেন্না থন্না তৌগদৌরে অদুনা গন্ধর্ব বিবাহ ওইনা লৌরগে হায়দুনা ঐখোয়গা পুবচেল থোইজেল তিন্নগদবা বামোন অমত্তং থিরগে হায়দুনা ঐহাক থোরকপনি।

ভুবন—স্নাখ্বানা কন্যাদান তসি কদোইঙ্গে ফংবিগে নীংলিবা?

দুর্গস্না—ভুবন, লুহোংবা অসি থিংবা য়াদ্রে বিমলানা ঐগীদা অস্তুম লৈরবদি না য়াম্না কাইরবদৌরে অদুনা বামোন হেক ফংবগা থবক অসি লোয়খোরগনি, লাও নখোয়স্ন বামোন থিবা ওহাক চৎলিন্নরাস। (ময়াম থোকথিবা)

লাইট অফ

# ৩শুবা অঙ্ক

## ৫শুবা উৎপা—"দুর্গম্নাগী কা অমা"

( মকোকতা বেন্দেজ অমা য়েংলগা জ্ঞান য়াওদনা কুঞ্জ কমুংদা হিপ্তুনা লৈবা মনাক্তা য়াম্না অন্নাবা ফিবমদা বিমলা কমদুনা সেবা তৌদুনা লৈ )

বিমলা—ঐহাক্না খেংনজতুনা সেবা তৌজবা মঙা তরুকনি শুরে অহুবু ঙসি ফাঙবা জ্ঞান থজিক্তা কাওবা লাক্কে । ঐহাক ইশামকস্থু লোম্না চঙতুনা মাগী সেবা তৌরিবনি। মরম অসিনা ফিবম অসিদা ডাক্তর অমা কৌহুনা য়েং-হনবগী উপায়স্থু লৈতে। হা কৃষ্ণ ইবুংঙো মরাল লৈত্রবা পাখণ্ড অসিগী মথন্নাইতদি অরেম্বদা মাঙহনবীগন্নকো।

কুঞ্জ—( মঙ ওই-হা ঙই ) মাধবী—মাধবী।

বিমলা—( নোকফেং তৌনা চঙশল্লগা কুঞ্জবু মুন্না য়েংতুনা ) মাধবী কনা ওইরিগবা ?

কুঞ্জ—( মমিৎ উইশিন্না ) মাধবী নঙবু কদাই তাম্না চৎল্লবগে ? নহাক্না চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা তাকলমদ্রিবা কান্নগীনো, নঙনা ঐবু অস্থুক য়াম্না মুংশিদ্রিবা করিগীনো ? ইপাগী মচিন্দগী নঙগী ন্নান্নী তাবা নুমিত্তগী তৌদুনা নশুংলাংগীদমক্তা, মুংঙাইরবা য়ুম থাদোক্তুনা অঙাওবগুম্না নহাক্কী খোঙ্গুল লিন্নকপা লাইবকথীবা ঐহাকপু নহাক্না ঙসি ফাওবা থাজবা ঙমদরি।

বিমলা—মহাশয় নঙনা হায়রিবা মাধবী হায়বী অহুবু লমদম কৈদা শাৎপী লৈরাংনো ?

কুঞ্জ—( সুপাগী খোঞ্জেন ভাবদা মাধবী ওইরবোয় নীংহনা য়াম্না কিংনা ) মাধবী ২ নহাক লাকলত্রা ( ফম্বা (

বিমলা—মহাশয় নঙবু ভাওরত্রা লাইবক থীবা ঐহাকসু করি মরমগী লাইবক ফবা মাধবা লৈরাংনি হায়না লান্না লোৎলীবনো ?

কুঞ্জ—( বিমলাবু য়েংলগা সুহশা মপী হেন্দুনা ) ঐহাকপু হাকপীয়ু ঐহাকী কোক অসি থরা ভাওহনা মফম ময়াং ঈশঙ খঙদরে ( ভাইহাক থল্লগা ) ঈবেম্মা কনানা ঐহাকপু মফম অসি তাম্না পুবক্লিবনো ?

বিমলা—মহাশয় নহাক্কী ওইব্রিবা দশাশিং নহাক নশানা নীংশিংজবা ভমলত্রা !

কুঞ্জ—ঐহাক লোইনা নীংশিংলে নোংমা ঐনা লম্বী চংলিঙৈদা করি মরমগীনো খঙদে মশক খঙদবা পাখঙ অনি লাক্কনা ঐগী কোক অসি থুগায়রম্মা, অদুগী তুংদি ঐহাক খঙদরে ঈবেম্মা করি মরমগী কনানা ঐবু মফম অসিদা পুরক্লিবনো হায়বদো নহাক্কা খঙলগদি অমুক্কা হায়বিয়ুগবা ।

বিমলা—মহাশয় লম্বীদা নঙবু অরাবা পীথিবা মীশীং অহুনা মথোয়গী আশা মপুং ফাহনগে হায়দুনা নহাকপু মফম অসি তাম্না পুরক্লিবনি ।

কুঞ্জ—ইবেম্মা, মীশিং অদুবু কনানো ? ঐহাক্কি মখোয়গী মকমদা খোইদোকপা লানখিবা লৈতে অদুবু করিগনো মখোয়না ঐহাক্কী জীবন অসি অরেম্বদা মাঙহনগদোবগী লাকনরিবদি।

বিমল—মহাশয় মরাল লৈতবা মীবু অরাবা পীনবা লাকনবসি য়াম্না লুবা থবকনি।

কুঞ্জ—অদুদি করি মরমগীদমক মখোয়না ঐহাকপু অরাবা পীগে হায়না লাকনরিবনো।

বিমলা—মরমদি মহাশয়গী মরাল লৈরম্বা য়াই।

কুঞ্জ—ঐহাক্কী ইরাল ঐহাক্কি অসি ফাওবা কনাগীম্ব মফমদা অকাংবা অরানবা ব্যবহার চংশিবা লৈতে।

বিমলা—হায়বিগনুদা মহাশয় ঐহাক্কা অসুম তাক্তবদি লুহোংগদবা হয়েংগ ভায়ববদা মহশয়না লুহোংবা হায়দোক্কনা ভুগয়না মপা মচাবু সনাগ মমাগুদা হকাইবা পীখি হায়না তাক্কে অসবু মহাশয়! অচুম্বা ধর্ম্মরা ! অসিগুম্বা ধর্ম চংপা মহাশয়গী মরাল ইরৈ লৈরনলোই হায়বা অসি ঐহাক থাজবা ঙমদে ।

কুঞ্জ—ইবেম্মা নহাক্না তারিবা অদুমদি অচুম্বনি ইপাগী বাশক পদাদি লাকলমগে হায়না থল্লবদা শাখ্রা ভুগয়না অমম্ব মচা ইবেম্মগী মফমদা ঐনা য়াম্না লানথ্রে মতম অমদা স্নখ্রা অতগী চরন্দা অমুক্কংদি লাল্লে হায়না হায়জখিগনি করে বা অসি তোক্নসি ঐহাকপু মফম অসিদা কনানা পুরক্লিবনো হায়বদো অমুক্কা হায় দিয়ু।

বিমলা— মহাশয় কনান' ওইগদগে ঐহাক্না হৌজিক হায়খ্রিবা মীশক অদুনি।

কুঞ্জ—স্নাথ্‌রা দুর্গস্না ?

বিমলা—মাস্নি মহাশয়। মহাক্ন' ইকাইবা নংখিবা অদুগী লমন থুম্নবগীদমক নহাকপু য়ুম অসি তাম্না পুরকপনি

কুঞ্জ—ঐহাকপু মফম অসিদা পুরকপ'দি ওসি কয়ানি শুরবগে ?

বিমলা—ওসি ৫/৬ নি শুরে মহাশয়।

কুঞ্জ—৫/৬ নি শুরবা ! অদুদি ক'রিগীনো দেবী মহাক্না ওসি কাওবা ঐবু..........।

বিমলা—মহাশয় নহাক্না খল্লিবদে' অচুম্বনি, ইকাইবা খুঙগ্রাবী ঐহাক লৈরমদ্রবদি নহাক্কী ফিবম অতোপ্পা অমা ওকরম-গদবনি।

কুঞ্জ—ইবেম্মা নহাক্না নশাবু ইকাইবা খুঙদবী হায়বা অসিবু করিগীনো—।

বিমলা—মহাশয় ঐনা হায়বা অসিদা করি লানবগে লুহোংগদবা হয়েংদা ঙায়রবদা বর অমুনা কৈন্যা অদুবু পামদমুনা হায়-দোকলবমক্তদা কৈন্যা অমুনা বর অদুগী সেবা তৌরবদি মহাকপু ইকাইবা খুঙদবী হায়বদা করি অরানবা লৈবগে ?

কুঞ্জ—ওক্রে দেবী ঐহাকপু অমুক ইকাইবা পীরগদ্রু ওসি নহাক্কী লমন মশিং অসি পুন্সিচপ্পা ঐগী খম্মোইদগী মুৎকদবা লৈত্রে. নহাক অসি থা'গৈগেশংবা দেবীনি অদু নত্রবদবু নহাক্কী নকমদা অসি য়োনা লাল্লবা ঐহাকপু নহাক্না করি মরমগী অদুক থরাই য়াওনা সেবা তৌগনি।

বিমলা— মহাশয় ! পিতৃসত্য ঙাক্নবগীদমক মশাগী ওইজবা

কাননবা পুম্বা থাদোবপ ছেমংবা পুংগেল চউরবা পাখঙ অমগী সেবা থরুংফংবিবী লাইবক থীবী অমনি হায়বীগে হায়রবদি হাযবাযু অচুদি নত্তনা কবিস্ত লৈতবী এহাকপু অতুক য়াম্না রাংনা থাংগৎপিবদি চুমদে।

( ছুর্গস্না চঙলকপা কুঞ্জনা ওক্না য়েংবা )

ছুর্গস্না—( শাউনা ) বিমলা এহাক্না হায়বা য়া নহাক্না অতুক থোশাত্রিবা করিগীনো ?

বিমলা—পাবুং করম্বা মতমদা নচা এহাক্না পাবুংগী য়াথংবু থোশাদবা য়াওরবগে—।

ছুর্গস্না—তুমিল লৈয় তানিংদে, ছাইথো, নহাক্না এখোয়গী য়েক্নবা অসিগী মথক্তাই কম্নবগীদমক অমুক কম্না হোৎনরিবা অসি করি মরমগীনো ?

বিমলা—পাবুংগী য়েক্নবা ওইরগা নচা এগীস্ত য়েংক্নবা ওইগনি হায়বগী করি অরেপ্পা লৈংগে ?

ছুর্গস্না—নহাক্নীদি করিগী য়েক্নবা নত্তন ? নহাল নঙ এবু ইকাইবা পীখিবত্রু পাখঙ অসিনা নত্রা ?

বিমলা—পাবু পাখঙ অসিনা চংখিবা লমচৎ অত্ত পবুংনদি সমাজগী মমাঙদা য়াম্না ইকাইবগী মশক্তি হায়না লৌবীরম্বা য়াই অডুবু লাইবক থীবী নচা এনদি ইকাইবগী মচুত্রা পিতৃসত্য ছারবগীদমক মশাগী কান্নবা ওইজবা পুম্বা থাদোকপা ঙম্বা পুবচেল চাউরবা অসিওম্বা পাখঙ অসিবু দিবানিশিদা ভক্তি তৌজনিঙই।

দুর্গস্না—ভুমিল লৈয়্যু তানিঙদে, অদুগা হায়বীগে তাও বিমলা ঐদি নপানিনা নঙনা হায়বা পুম্বা তুমিন্না তায়দো. অদুগা মীগী ময়ুম অদুদদি অস্তুম তোহুনা অহৈপা থক শারুগল্লুকো ( বিমলা মপাবু ঙক্কা য়েংবা ) করিগী ঙক্রি ঙসি নহাক্কী লুহোংবা হুমিৎনি মরম অদুনা নহাকপু কোগে হাংদুনা লাক্লিবনি।

বিমলা—পাবুং নচ ঐবু নুংশিবীদবা তোবীগনু সেতুগা ঐগা লুহোংবদদি তোবীগনু পাবুং।

দুর্গস্না—কান্নদবা ৱানি বিমলা ইরেম্না মাও থাহুনা চৎলু করিগী লেপ্তুনা লৈরি। মীনা ইরেম্না হায়বা য়াদ্রবদি থঙগনি। ('চংহুনা পুথিবা, কুঞ্জ হৌগত্তুনা কোয়য়েং য়েংলগা চেনখিবা)

লাইট—ড্রোপ

## ৪শুবা অঙ্ক

### "১বা উৎপা—দুর্গস্নাগী য়ুম"

( বরগী ফিজেঙ্গা সেতু লুহোংফান্দা ফম্বা. ভুবন্না সেবা চঙবা, বামন অমা ফম্বা. দুর্গস্নানা শোনবা )

বামোন—স্নাথুা নচা ইবেন্মা থোরকহনবা য়ারগনি।

দুর্গস্না—ঠাকুর ঐহাক অমুক্তা হোগৎপা য়াগদ্রা। বেরা থরা থাংহনা ঐহাক্কা মাবু ইমুংদা শো লোন্দুনা থনমই ঐহাক ইশা চন্দ্রবদি মহাকপু পুরকপা য়ারোই।

বামোন—য়ানি, স্নাথ্বা লেংঙো মশানা য়াদনা নমতুনা হোংবগী কিবম ওইরবদি খরা থুনা লোয়খোক্লবা তৌরসি, নত্রবদি মী তাখি লাকখিবা থোক্লবদি ঐখোয়মু থুদোং চাদবা য়াই।

দুর্গেশ—ঠাকুর অতুীদমক্তি দুংশা খীবিগনু ইচাবু লুহোংবীবদা বেরা তৌগদবা কনাগীমু মতিক লেতে, অতুদি এহাক চৎলুখিগে (দুর্গেশা থোকখিবা)

সেতু—(হোগতুনা তিংলি য়াংলিবা) থ্বাং নাবনা শিগদোরে।

ভুবন—ঠাকুর খরা থুনা লোইখোকপারে, দক্ষিনা শোয়দ্রগা লোয়রেনে মী অসিদি শিগদোরে।

(দুর্গেশানা বিমলা চিংতুনা পুশল্লকপা)

দুর্গেশা—বিমলা করিগী কপ্লি, নৈশাবী অমতা মপুন্সি চুপ্পা মপামদা নৈখি হায়বা তাবরা মপা ওইবা ঐনবু মচাগী ফত্তনবা তৌবা হৌনবরা?

বিমলা—পাবুং তৌবীগনু, নচা ঐবু করিগী অতক দুংশিবী-দ্রিবনো, পংশেম চেংশো খওক্রহোক্রবা ঐহাক্লি নচা ঐবু কৃপা তৌবিয়।

দুর্গেশা—তুমিল নৈয় বিমলা, দুগেশা এনা নীংখ্রবা আশাদি নৈমায়দা খুতুমনা থাবগুম্বনি নওনা ফনা কপ লাউদ্ধনমু ওসিগী লুহোংবা অসিদি থক কায়বা য়ারোই (বামোনদা) ঠাকুর করম তৌ হায়বগে?

বামন—নচা ইবেম্মগী মতৌ অসিগা অমুক কুইবতুনা কাম্লদ্রে

( লৈ পীডুনা ) লৈ অসি হেক্তা হুবহুবা তৌবিরো।

দুর্গশ্না—( লৈ পরেং পীডুনা ) বিমলা লৈ পরেং অসি পায়যু।

( মপানা মচাবু লৈ পরেং হুকহনগদবগী লাক্লবা মচানা পাবুং ২ হায়না কপ্পা, হুক্কদবা খজিক্তা ঙায়রবদা কুঞ্জ পুলিস ইনস্পেক্টর অমনা পিস্তোল পায়ডুনা থুনা চঙলকপা পুলিস ২ থকস্তু য়াওরকপা )

ইনস্পেক্টর—Hard up ( ময়াম মৎং থাজংপা ) নখোয় হেনগে লাক্লরবদি অরেম্বদা নথত্নায় মাঙগনি।

দুর্গশ্না—ডারোগা বাবু, ইচাবু লুহোংবিবদা অঙম্বশিংগী করি রায়েল চঙফম লৈবগে ?

ইনস্পেক্টর—তুমিল লৈয় ভানি'দে, ঙসি এৈনা লাকপদি অমকপা লৈত্রবা নচাগী থম্মোয়বু নঙনা লুট তৌবগীদমকতস্থ নত্তে মরাল লৈত্রবা নয়াম্বা অমস্তুং মরাল লৈত্রবী নতৈমবু······ থঙলব্রা ? ( পুলিসতা মখোয় মরি আস য়োংাহং চল্লু।

( পুলিসনা পুন্দুনা খোকখিবা কুঞ্জ মুম্না য়েংহুনা লৈহোবা বিমলা কুঞ্জবু মুম্না য়েংবা )

বিমলা—লাইবক থীবা ঐহাকপু কনবীবগীদমক অবস্থা অসিদা হম্না হম্না ··········।

কুঞ্জ—( মায় ঙনশিন্দুনা ) দেবী ঐহাক্কী করি ইভিক ইঙুণ লৈদুনা নহাকপু থুদোংথীবদগী কনবা ঙমগদগে নহাক নশানা নশাবু কঞ্জবনি ( বিমলা ঙক্তুনা য়েংবা ) করিগী ঙক্লি দেবী, নহাকনা মফম মরাং থঙদনা মাঙত্রগদবা ঐবু,

নহাক্কী মীনা ফংঙমজবা অরাংবা পুকচেল্লা চেংনা কোন্বীচুনা ঙসি কাওবা সংসারগী নীংথিবা থিবিক উৎল্লিবনি হায়-বদো, ঐহাক্না কৈদোংঙৈদম্ভ কাউবা লৈতে। দেবী নহাক্না ঐঙোন্দা তৌথিবগী থল্লুরবদি পুন্সি চুপ্পা নহাক্ত লমন্দি তোন্দুনতা লৈরগদবনি।

বিমলা—মহাশয়, কান্নদে, রা যাম্না ঙাঙবিগন্ন মহাক্কী চকচাং হৌজিক মপুং ফাদ্রে পোথানবা তৌবিরুরো।

কুঞ্জ—অশিবনু হিংগৎহনবা ঙম্বী দেবী অমনা ঐহাক্কী ইনাক্না লৈরিঙৈদা শিবগীদমক করিগী কিক্কম থোকপগে ঐহাক্না কিবদি দেবী অতুগী লমন তোনবা অদুত্তবুনি।

বিমলা—মহাশয়, লমন অাস কোকপীনীংলবদি ঐহাক্না হায়জবা রাক্কম অমতং য়াবিগদ্রা ?

কুঞ্জ—দেবী লমন অসিবু কোক্কদবা লৈরবদি ঐহাক্না তৌবা ঙমলোইদবা থবক করিম্ন লৈতে।

বিমলা—করে অদুদ ঐহাক্না হায়জবা রা ইনবিগনি হায়দুনা হান্না সত্য তৌবীয়ু অদুগা সত্য তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা রাখলদদি খরা মুন্না তৌবিহৌ

কুঞ্জ—( ঙাইহাক থল্লগা ) দেবী, সত্যনা শাক্ষী ওইগনি নহাক্না হায়বা রা ঐহাক শোয়দনা ইনগনি।

বীমলা—( নোকফেৎ তৌদুনা ) মহাশয়গী পিত্ সত্য অদু থুগাই-বিয়ু হায়জরবদি করম তৌগনি ? ( কুঞ্জনা ঙক্না য়েংবা ) মুংশা থীবিগদু অতোপ্পগী মরমদা ওইরবদি থঙদে ঐহাক

ইশাগীদমকতি, মহাশয়না তাবদা অদুগুম্বা ৱাহৈদি কৈদো-ঙৈদসু ভিক্ষা তৌঙৱোই ঙসিদি লেংলে৷ পোথাবিক্ৰুৱো মতম অমদা মহাশয়গী চৱন্দা ঐহাক্ৰা অপাম্বা অমা নিজ্ৰুগে।

কুঞ্জ—অদুদি ঐহাক পোথাক্ৰুৱগে, অদুগা দেবী অসিমদি কাউবিগনু নহাক্কীদমক্তা ঐহাক্ৰা তৌবা ঙমলোইদবা থবক কৰিসু লৈৱোই ।

( কুঞ্জ থোকখিবা বিমলা মতোমতা )

বিমলা—লাইবক থীবীনিনা নহাক্কী চৱনগী সেবাদি কৈদোঙৈদসু ফংলৱোই। অদুবু নহাক্কী মুৰ্ত্তি অদুবুদি দিবানিশিদা ঐগী থমোয় মন্দিৰদা পূজা তৌজগনি অসি কাওবা নহাক্কী পিতৃসত্যগী মৰমদা য়ৈথায়বা ওইৱগদ্ৰা ?

( নয়ন, মাধবী চঙলকপা )

নয়ন—ইবেম্ম, ঐখেয়বু ইখোঙ ইথুং পুন্দুনা লৈবদগী পুকচেল চাউবী নঙনা থাদোকপিদ্ৰনা ঐখোয়গী জীব হিংজবনি। নপবু' ফাগ্ৰে অদুনা ঐখে'য় থোয়ল্লবনি, ঐখোয়বু কৰম তৌখো হায়বগে !

বিমলা—বাবা ! কৰম তৌবা হায়বদি কৰিনো? হৌজিক্তি য়ুম অসিদা শুংঙাইনা লৈবিৱো, মাধবী ! অসি নয়মনিনে কৰিগী অক্ৰক হঙ্গোইনা খল্লি।

নয়ন—অদুদি নচিল ননাও লৈমিন্নবমউ. ঐহাক ঐখোয়না লৈৱম্বা য়ুম অদুদা অমুক্তা য়োক্ৰখিগে

মাধবী—বাবা ঐখোয়না যুম অসিদা লৈরিবা থা মথাই অমরোম ফারকলে, মহাক মখৈ যুমদু করমতৌনা লৈবগে হায়বদো থরা নীংথিনা য়েংবিরকউ ।

নয়ন—( লোকক্লেৎ তৌদুনা ) ইপা লোইবা থঙলে। নপোৎ নচৈ অমত চিৎথবমলোই ; ইপানা লোইনা পুদুনা লাকনি অদুদি ইপা চৎলুখিগে নচিল-ননাও লৈমিন্নরমউ।

(থোকখিবা)

মাধবী—করম তৌরিগবা মহাকপু হুমিং তরামরিনি মঙানিদা উম্মদবদা চহি লিশিং ২ উন্নদবগুম রাখ্রে, ঐখোয়না চৎকদবা মফম অদু মঙোন্দা তাকলমলবদি অরাবা অসি ফরমগদবনি হৌজিকপু মানা ঐবু করি হায়রিগদগে ?

বিমলা—করি রাখল থল্লিবনো মাধবী?

মাধবী—কারণ্ম নত্তেদা বিমলা— ।

বিমলা—করিগী গুপলিবনো হায়নুনে মাধবী, করি রাখলনো?

মাধবী—বিমলা থম্বাল কোবা লৈরাংনা অরাবা মায়থোঙ লাংবদি মথংলেন হুমিৎকী মশুং লাংগী নত্তনা অতৈ করিগী ওই-গদগে? বিমলা ঐখোয়না লৈবা লরাই অদুদা নোংমা ইথঙ থঙহৌদনা পাথঙ অমা লাকলগই । মহাকী মশক উবতদা ঐহাকী থরাই অসি মহাকী চরন্দা কৎথোকখ্রে। অদুগা পাথঙ অদু হুদী ওইবী ঐহাকী থমোয় ঈপাক্তা মুংঙাইবগী ঈথক হৌহনলমই।

বীমলা—পাখণ্ড অদুগী মমিংদি করি কৌই মাধবী ?
মাধবী—মহাক্কী মমিংদি কুঞ্জ কৌই ।
বিমলা—কুঞ্জ কৌবা ?

লাইট ওফ

## ৪শুবা অঙ্ক

### ২শুবা উৎপা—"লক্সাক্সীগী লক্সী"

( লৌউবা ১/২ চৎপা তুংদগী নয়ন্ন কৌবা )

নয়ন—ইবুংঙোখোয় ঙাইহাক্কা ঙাইখো ।
১বা—( হন্না য়েংলগা ) কৈমা খুড়া, নহাল মথৈ কদায়দ চৎলুবে ?
নয়ন—ইচাশা ! মতম খর এইহাক অরাবা ভারুরে, ঙ ইখো এইহাক বা অমতা হংখিগে ?
২বা—করি রানো খুড়া ?
নয়ন—ইবুংঙো মকম অসিদা ইম্ফালদগী পাখণ্ডমচা অমা মবক মরক্তা লাকপদো নখোয় মশক খঙব্রা ?
১বা—খঙই খুড়া. মহাকপু হংববু করি মরমগীনো ?
নয়ন—ঙসি ঙরাং অসি নখোয় মহাকপু উ লাকপরা ?
২বা—খুড়া ঙসি ঙরাং অসিদি মহাকা এখোয়গা থোইদোকপা উনবা লৈতে অদুগা... .... ।
নয়ন—অদুগা করি তৌরবা ?
২বা—অদুগা খুড়াখোয়না য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবা মতুং

তুমনি কোনবদা নোংমা মহাক মক্ষম অসিদা লাক্কুনা থরাই য়াম্না রানা খুড়াখোয়গী পাউ হংলমই, অদুগী সুমিৎ-তগী মাগা ঐখোয়গা অমুক উন্নবা তৌখিদ্রে ।

১বা— খুড়া অতৈদি লায়রী, নহাকপু মক্ষম অসিদা অমুক লাক্ক-রোইদ্রা ?

নয়ন— করিগী লাক্কনি করিগুম্বা মরম অমদগী তাঞ্জা চাদদুনা ইম্ফালদা মঙানি তরানি অদুক লৈররে, চৎলো ২ ইচাশা নখোয়বু ঙাইহাক পলহল্লে র'রোগনুকো ।

২বা— করিগী রারোগদগে খুড়া ? অদুদি ঐখোয় লবুক ঙাইহাক য়ৌরুখিগে । ( থোকখিবা )

নয়ন— ঐহাক্না হংলিবা মী ফনা য়ামলে অদুবু কনাসু মাবু উই হায়খিদ্রে ! মহাক্না চৎখিবসি কদায়দা ওইরিগবা, কৈ মানা লোংকে হায়বা মক্ষমদা লোৎচসনু অদুবু মাবু খঙনবা থিদব'দ য়াদে ।

( নয়ন ঈশৈ শক-শক্কুনা চৎপা )

## ঈশৈ

লমদম কৈদা চৎগ্রবনো
থিদবা য়াদে খঙনবা মাবু
নীংবা কায়রবা সুংশিবা কয়ানা
তেংথানা কপ্লি মহাকী আশাদা
অরাবা লৈতনা চীংনুঙ মামুঙদা
থিগনি মাবু য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা

পুনগনি মাবু প্রেমগী থোরীনা
চিংতুনা পুগনি নুংশি মকাদা।

(ঈশৈ তথ্মাই চন্নকপদগী নয়নগী তুং ওইরগা শেখর চঙলক্কুনা ঈশৈ ভাবা)

শেখর—(নয়নবু মুন্না য়েংলগা) মহাশয় নহাকপু কনানো নহাক্না ঐহাক্না থেংনরিবা ৩/৪ রক শুরে অতুবু নঙগী পরিচয় হংবদা নহাক্না তাকপা কৌবা লৈতে। অতুমনদি ওইরগা নঙনা ভাংবা রাঙাং তারগা ঐগী থমোযবু অনুতাপকী খাঙভমজবা মৈশানা য়ৈহল্লি, হায়যু নহাক কনানো অমুক্তা হায়যু ?

নয়ন—মহাশয় ঐহাক লাইরবা চাকনিবা অমনি অতুম্নদি ওইরগা মহাশয়গী পুক্নিংগী ঈচেলগা লাইরবা ঐগী পুক্নিংগী ঈচেলগা মরু অমতদগী শৌরকপনি মরম অতুনা ঐনা ভাংবা রাঙাং শঙাং তারগা মহাশয়গী থমোয়বু অনুতাপকী মৈশানা য়ৈরবনি।

শেখর—নঙগী রাঙাং অসি ভাব তাবা ঙমদ্রে।

ময়ন—মহাশয়গী পুক্নিংদা নচা ইবুংঙো কায়নবগী অনুতাপ মৈরিনা চাক্লি। অতুগা লাইরবা ঐস্নু নচা ইবুংঙোগী আশাগীদমক ঙসি ফাওবা হিংতুনা লৈরিবনি।

শেখর—মহাশয় নহাকস্নু মহাকপু থিরিবা ?

নয়ন—করিগী খিদনি মহাশয় মহাক্তী আশাগীদমক ঙসি ফাওবা ঐহাক্না ঐগী ইবুংঙোগী মচাম্নুপীবু নুংশি হৈত্রবা ছুর্গস্নাগী

মমিংতা উফূল চাইথনা লোংতুনা থমলিবনি।

শেখর—অদুদি নহাক ঐগী মুংশিববা মরূপ নবকিশোরগী মনাই।

নয়ন—মাগি মহাশয় নহাকী মরূপকী মনাই হায়বদো ঐহাক্কি মহাশয়খোয়দনবু অচৌবা মী ওইবগী লাইরবা ঐখোয়বু কাউবীবনি, অদুগা লাইরবা ঐনদি ঐগী ইবুংঙোগী মরূপপু কাউবদি হায়রুগনু মখোয়না তৌখিবা সত্য অদু ফাওবা কৈদোম্নুংদসু কাউবা লৈতে।

শেখর—ওকে নয়ন মথা তাবগনু, নঙগী য়াঙাং অসি তারগা ঐগী থমোয় অসি পুবা যাদ্রে নয়ন ঐহাক্না অথন্নবা মহাকপুদা কাউবা নত্তে। ঐহাক সংসার পুম্বা লোইনা কউরুবে ঐগী মুংশিজরবা মরূপ নবকিশোরবু কাউকরে। মরূপ অদুগা শকনথিবা সত্য ফাওবা ঐহাক্না করিসু খোশাকদ্রে। অদুগী কলদি ঙসি ঐহাকী অমতা ঙাহ-জববা হচা কায়নবগী অনুতাপনা চাকশিবা অসিনি। ঐহাক্না মাবু থিরিবা মণিপুর শাংলে। অদুবু ঙসি ফাওবা মহাকী মশাও ফঙবা লৈথদ্রে। নয়ন নহাক থঙলগদি ইচাগী লৈফম ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়যুগবা?

নয়ন—মহাশয় নহাক করি অমতা চিংনবিগনু ঐগী ইবুংঙোগী মচানুপী অমসুং নচা ইবুংঙোগী পুকচেল ঐহাক য়াম্না মুন্না খঙই নোংমা নত্রগা নোংমদি মহাশয়গা অশা শোয়দনা থুংগনি।

শেখর—করে নয়ন কুঞ্জগী য়াসি থমখিসি ঐগী মরূপকা মচা-

নুপীদো হৌজিক কদায়দা লৈবগে ? মহাক্কী লৈকম অদু ঐভোন্দা অমুক্তা তাকউ।

নয়ন—মহাশয় মহাক হৌজিক দুর্গস্নাগী ময়ুমদা……।

শেখর—দুর্গস্নানীদা ? অহুদি নয়ন থুনা চৎসি কল্লবা দুগ স্নাগী মথুবাক্তা নুপী মচা অদু মথল্লাই মাঙখিবনা ফাল্লগনি।

নয়ন—নুংশা থীবিগদ্ধ মহাশয় নচা ইবুংঙোগী থোজান্দগী ঐগী ইচা মাধবীনা মপাবুঙগী অশেংবা মরল কঙজরে অদুগা মহাপাপ্পী দুর্গস্না জেলদা……।

শেখর—( নয়নবু কোন্দুনা ) নঙগী রাসি তাবদা নুংঙাইখ্রেদা নয়ন চৎসি নুপীমচা অদুগী মশক অদু অমুক্তা পেন্না য়েংজগে।

নয়ন—হৌজিক ঐহাক্তি মচা ইবুংঙোগী থোঙ্গুল……।

শেখর—নয়ন, মপা ঐভোন্দগী নহাক্কা বুঞ্জবু হেন্না নুংশিবা থক য়ারোই, লাও চৎসি মাগী থোঙগুল কোন্না লিগনি।

( ২ থোকখিবা )

লাইট ওফ

# ৪শুবা অঙ্ক

## ৩ শুবা উৎপা—"দুর্গাস্নাগী ক্সুম"

( মপালদোমদা য়েংহনা মাধবী অরাব বাথল থনবা )

মাধবী—কবি ভৈরবনো বাবাগ্ন হল্লক্তে। অতুগা মহাকস্থ নোংমা নিংনিদন্ড উদবা অসিদা হুপী ওইবী ঐগী থম্মোয়সে ঙাইহাক্তা তপথনা লৈব' ঙমদ্রে। মতৌ করম্না তপথবা য়াগনি মহাকপু উজবা থুমিকুগী ঐগী থবায়দি মহাক্কী ওইখ্রে। অরাং যাওদ্রবা হকচাংনা মতৌ করম্না তপথন' লৈব' যাগদগে ? হবুঙাত্তা অসি য়োনা ক্লুংশি হৈদ্বধনি কবি ররমণীদমক নহাক্কী পুনিমাগী থাজবু ঙমজবা মায়খোঙ অঙ লাইবক থীবী ঐবু উহনবীরগলিবনো ? ফৈ নঙন' কনা বুইন' লোৎপগে য়েংসি. বাবা হল্লক্লগা বাবাগী মকমদগী নহাক্কী অরেম্মা নপাউ অমা থঙলগা ঐহাক্তা নহ'কপু মণিপুর শীনব থুংনা থিগনি। লাইবক থীবী ঐগী থম্মোয়গী মণিবু লোঙুনা থমগদবা কনাগীসু মাতক লৈতে

( নয়ন, শেখর চঙলকপা )

নয়ন—ইবেম্মা ইপা লাক্রে ( শেখরদা খুৎ থিন্দুনা ) থুরম্মু ইবেম্মা।

মাধবী—বাবা। ( ঙকপা )

নয়ন—চুমই নহাক্তি শক থঙলরোয় নপাবুগী ক্লুংশিরবা মরূপ হায়বদুনিনে থুরম্মু ইবেম্মা। ( মাধবীনা থুরম্বা )

শেখর—ইবেম্মা—ইপানা নঙবু মিরায়বনা কয়াদা অরাবা নংলরবা রারোগমুকো ইবেম্মা। মতুঙদদি ইপানা নঙবু অমুক মীরায়বা তোৗররোই।

মাধবী—( শেখরদা ) বাবা করি অমতা নুংঙাইতবা তৌবিগিমু বাবাগী করিমু দোষ অমতা লৈতে লাইবক থীবী এইহাক্না ইরাইবক্নি (নয়নদা ) বাবা এখোয়গী যুমদি করম তৌরমহ।

নয়ন—ইবেম্মা যুম অদু কাংখোং চাইদুনা লৈরম্লে নীংথিবা ফজবা পোৎ অমতা লৈরম্দ্রে।

মাধবী—পোৎশিং অদুগী খোঙ্গুলদি লিবক্রুবরা বাবা?

নয়ন—ইবেম্মা পোৎশিং অদু থিননবা ইপাবা হোৎনরম্মী অদুবু কনানমু থঙই হায়খিদ্রে।

( বিমলা থুনা চঙলকপা )

বিমলা—পোৎ অমগী লৈফমদি এইহাক য়াম্না মুম্না থঙই বাবা।

মাধবী—করম্বা পোৎনো বিমলা?

বিমলা—নখোয়না পাম্লিবা পোৎশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী অথোযবা পোৎশক্নি। এগী ফজবা ইপানা পোৎ অসি হুরান্দুনা পুরক্লগা ৎগাইদনা মাঙহনগদবগী লাক্লরমই, অদু উবদা এহাক্না মপু লাক্লগা পাঁগে হায়দুনা লোঙ্গুনা থম্বনি হৌজিক ফাওবা পোৎ অদো এখোযগীদা লৈরে।

মাধবী—বিমলা! পোৎ অদু এখোয়গীনি হায়বদি নহাক্না করম্না থঙলুরিবা?

বিমলা—নহাকী নচিন্দগী থঙবনি।

মাধবী—ঐহাক্কী ইচৌন্দগী ?

বিমলা—মাগ্নি নহাক নহাক্কা য়াঙাং অমদগী পোৎ অসি নঙগী অশেঙবনি হায়বা ঐহাক য়াম্না মুন্না খঙই।

মাধবী—ঐবু নঙতোন্দা কবি হয়রগে ঐহাক কাউরে, বিমলা পোৎ অদু মশক অমুক্তা তাকউ ?

বিমলা—( নোকনোং তৌদুনা ) মাধবী নহাক্কা খোয়াংনা চাইজরিবা কুঞ্জ হৌজিক ঐহাক্কী বন্দীনি ( ময়াম ঙকপা )

শেখর—ঐগী ইচা কুঞ্জবু নহাক্কী বন্দী ?

বিমলা—মাগ্নি বাবা ঐহাক্কী সুংশিহৈত্রবা ইপাগা বাবাগা শরো শিন্নজনা নচা ইবুংঙোগা লুচোংগনি হায়না তৌরম্বা মুপী মচাদো ঐহাক্কী......করিগী ঙক্লি, বাবা ঐহাক কৈদোকুঙদসু বাবাগী ব শকপা কায়হঞ্জরোয।

নয়ন—ইবেম্মা কুঞ্জবু হৌজিক নহাক্কী বন্দীশঙনগী থাদোকপা য়াখিরোইদ্রা।

বিমলা—য়ারগনি বাবা হৌজাক্কু মহাক্কী মমাক কায়বদো তাচশন্নে, তাম্নগুম্না মাগী মথা মপুঙ ফারে অদুগা মাগী য়েক্লবা ঐগী ইপাসু জেলদা লৈখ্রে। ( ময়াম ঙপপ )

শেখর—অদুদ ইবেম্মা ইচাগী মশক অদু……।

বিমলা—মাগী মশক য়াম্না উনিঙলে নত্রা, বাবা অদুদ নখোয় ঙাহাক্কা ঙাহবারম্মু—ঐহাক মাবু কোকখিগে।

( থোকখিবা )

শেখর—ঙসি ঐহাক্কা উরিবা অসিবু মঙপা ?

নয়ন— মহাশয় মগুনি হায়বদা করি চিংনকম কৈবগে পুকচেল ফজরবা দুর্গস্নানা অচিগুম্বা দেবী অমা পকপাস য়াম্না অঙকপা অমনি।

(বিমলা, কুঞ্জ চঙলকপা)

কুঞ্জ—(মপা উবদা চক্লা) বাবা (কুরুম্ব)

শেখর—কুঞ্জ নহাকপু কায়নবগী মৈচাক্লা খাঙবা হৌমদ্রভুনা ইপানা অঙাওবগুম নহাক্কী পোঙ্গুল পিরম্লিবনি। ইনঙগো ইপাগী নাস্তা লাউ, ঙসিদি ইচাগী নীংবা ইপানা অমুক থুগাইবা তৌররোই। কুংশিরবা মরুপকী মচান্নুপীগা নহাক পুনশোঙ-বাদুনা ইপাগী রাশকপা শোইদনা ভাক্কনি।

কুঞ্জ—বাবা অদুদা·······।

শেখর— অদুদা বরি তৌরবা ইরুঙঙো।

কুঞ্জ—বাবা—ঙসি ইপা ইচা উনবা ফাংসিবসি—(বিমলাদা খুৎ থিন্দুনা) দেবী অসিগী পোক্লাকদগীনি, দেবী অসিগী কমনদি তোঙ্গরোই খন্দুনা মহাক্লা অপাম্বা পোৎ অমা পিম্বা তৌবদা এহাক্লা শোয়দনা হাপবনি হায়না সত্য তৌরে। মরম অদুনা বাবা মহাক্কী কমন অসি কোক্তুনৈঙদাদি থবক অমত্তং ইনীং তৌনবগী এহাক্কী উপায় লৈত্রে।

শেখর—ইবেম্মা বিমলা নহাকী নফমদা ইপা ইচানা লানখ্রে ·······অদুবু অহল ওইরবা এহাক্কী রাশকপা অসিদদি····।

বিমলা—বাবা কারি অমত্তা চিংনবগিনু। বাবাগী রাশকপা এহাক্লা কৈদৌঙৈদসু কায়হল্লোই (কুঞ্জদা) করিসু লৈত্রবা কমন

অদুগীদমক দিবানিশদা য়াম্না রানা খনবীরমাল্লে। ঙসি লাইবক থিবীনা লমন অদো কোক্লবা শিংজরগে সত্য তৌখিবগী মতুংইন্না ঙসি ঐহাক্না হায়জবা হরাও হরাওনা ইনবীগনি হায়না নীংঙৈ।

কুঞ্জ—দেবী নহাক্না হায়বা থুদিঙমক ঐনা তৌবা ঙমলোইদবা করিস্নু লৈতে।

বিমলা—ঐহাক্না লমন অদু কোকচরগনি। (বিমলা থোকখিবা লৈ পরেং পুদুনা থোরকপা) মতম কয়াগী মমাঙদগী ঐগী থম্মোয়গী লৈ পরেং অসিনা...... ।

কুঞ্জ—দেবী মতম থুদিংমক্তা নহাকী আশা ঐনা............... ।

বিমলা—খঙজরে ঐহাকী নীংজবা অসি থুগায়রিগনু মাধবী ঙসি ঐগী লৈ পরেং অসি নহাক্না মহাশয়গী ঙকশমদা হুক্লগা ঐগী লমন অদু কোকপা ওইগনি। মাধবী লৈ পরেং অসি পাইয়ু করিগী লেপ্পুনা লৈরি, লাওনে ঐহাকী লৈ-পরেং অসিগী মতৈ য়ালহনবিয়ু, ইবুঙ্গো দান অসি লৌনবীগনুকো মসিনা ঐগী লমন কোকপা ওইজরগে (মাধবীদা লৈ পরেং পীবা, লৌবা, কুঞ্জদা হুকপা)
হুকলো মাধবী ঐগী আশা মতৈ য়ালহনলু।

(লৈ হুকপা মতাম হরাওবা)

কুঞ্জ—(বিমলাবু য়াম্না ঙক্না য়েংদুনা) দেবী নহাক ঙসিদু হৈগদগী করম্না লাইরেম্বীনো?

বিমলা—(কুঞ্জদা হায়রেং য়েংলগা মাধবীদা) মাধবী হৌজিক্তি

নহাক্কী নীংজবা থুংলে, মীনা কংঙমদ্রবা তাঙলবা মনি অমসু নহাক্না অশেংবা নরল ওইজরে, অতুগী মথক্তা ইপল ইবুংঙোগী অশেংবা লন থুম, যুম কৈ পুন্নমক অসি ঙসিদগী হৌদুনা ঐহাক্না নঙোন্দা শিন্নরবনি। ঐদি ঙসিদগী সংসার অসিদা কনাগুম্ব মরি লৈত্রে।

( চেনথোকখিবা )

মাধবী—( ঙকনা ) বিমলা বিমলা ( তান্নখিবা )

লাইট ওফ

# ৪শুবা অঙ্ক

## ৪ শুবা উৎপা "লক্ষ্মী"

( বিমলাবু মাধবীনা কারগা )

মাধবী—বিমলা কদায়দনো নঙনা চৎকদোরিবা ?

বিমলা—মাধবী, ইমা ইবুং কনা অমতা লৈতবনিনা ………
অতুগা ঐগীনি থঞ্জরম্বা লন পম্তোসু জেলদা, অদুনা ঐহাক হৌজিক তমথিরবা ময়াগী থোরিনা পুন্দুনা ঐহাক যুম অসিদা অমুক …… ।

মাধবী—তোগনু বিমলা, যুম অসিদা মহাক ঐহাক পুন্না লৈমিন্নসি।

বিমলা—মাধবী নঙ শাউরনু ঐহাক মক্ষম অসিদা নঙগা লৈংমিন্নবা ঙম্মরোই। মরম অমা লৈ।

মাধবী—অসুক কুইবা অরাবা শুংঙাইবা থাঙমিন্নরক্লবা নহাক্না লৈনাঙদবগী মরমবু করিগীনো ?

বিমল—মাধবী নহাক মরম অসিদদি হঙলগনু ঐগী মরম অসি তারগা মী খুদিঙমক্না ঐহাকপু কল্লক চাউবী অমনি হায়না খনখিবা য়াই। থাইগশেংবদি মাধবী ঐহাক অদুমক্তি নত্তে।

মাধবী—বিমল, মরম অদুনা তাবদা মীনা কল্লকচাউবী হাযনা খল্লবসু ঐহাক্তদি কৈদৌনুঙদসু খল্লোই। মরম অদু অমুক্তা হায়য়ু, নহাক্না মরম অসি তাকলমদ্রবদি ঐহাক পুন্সিদুপ্পা নাংঙমহৌদবা তারে

বিমলা—মাধবী নহাক মরম অসি য়াম্না তানংলব্রা ?

মাধবী—বিমলা মরম অদু অমুক্ত হায়য়ু।

বিমলা—মাধবী, কন্দ্রবা ঐহাকী ইপানা ইপল ইবুংঙে, ইম্মাল ইবেম্মা অমসুং নহাকমক কাওবা লাক্লরক্লে। অদুগা ঙসি মহাকী মচানুপীনা নহাকী লৈগুম থোংলবা থম্মোয অদুদা মতৌ করম্ন ……। নত্তে নত্তে মাধবী ঐহাক চংলগে।

(চংকে তেবদা মাধবীনা ফাবা)

মাধবী—ঙাংখো বিমল, অদুগীদমক্তা ওহৈরবদি নহাক য়ুম থাদে কপা তোগনু, ঐহাক্ত পুক্নিং হকচাং য়াম্না য়াম্না হরাওনা হায়রিবিদবনি, ইচিল ইনাও চঙদুনা ইপুঙঙো মাগী সেবা তৌমিন্নসি।

বিমলা—নত্তে, নত্তে মাধবী অদুগুম্বগী রাখল নত্তে, ঐন কে জিক্ত হায়খিবা অদুনি।

মাধবী—অদু ওহৈরবসু য়ুমদা চংসি লাকও।

বিমলা—মাধবী নঙ ঐবু শ উরগনু, ঐ চৎলগে। ঐনা ঙসি

পুকচেল শেংনা হায়জরি, নপুরোইবগী সেরা কায়গনু, ঐগীদি সংসার অসিদা কনাসু লৈতে। অচিকশনা ঐগী শান্তিনি, চৎলো লম্বী লম্ফাং অসিদা খুদোংথীবা নংবা য়াই। য়েংউ, মাধবী ঐগী মরুপ (ছুরি উৎপা) মনিনা ঐগী অমতা ওইবা সকাযনি।

(য়াম্না থুনা চেনখিবা মাধবী ত্তান্নখিবা)

লাইট – ওফ

## ৪শুবা অঙ্ক

### "৫শুবা উৎপা—উমং ত্বামং"

(বিমলা চেনশিল্লক্তুনা অৱাংবা চৌংথক্তা কাথৎপা)

(মপান্দগী) বিমলা! বিমলা। (লৈপেচিম নোঙফাই গরক্তা কা বকপা খোল্লেল অদু Eco গী মতৌগুম্না পুমনিক্ন নিনবা "ইক্কা" Refraction of the sound.)

বিমলা—(চেন্ন চেন্ন) ঐহাকপু অমুক খামলগনু নখোয় লৈতেৌবো মক্কম অসি নখোয়গী নত্রে, মক্কম অসিদি সংসারদা কনা হন্না উত্রবী ঐখোয়গুম্বগী অৱাবা পোত্থানক্কমনি। (অৱংবা চৈংদা কাথৎখিবা মতম অসিদা ওকতগী অস্তুম্না নুপা অমসুং নুপীগী খোল্লেলনা হাযরকই।

নুপী—(ওকতগী) ইতা···। মতম হেনখিগদৌরে নখো পাঙথে ক লোনে ইতা নঙবু খুজেং পালোইনন্থনা পুগনি, লাও ইতা লাও—।

রূপ — ( ওকতগী ) হা…হ …হা…বিমল ঐহাক নঙ্গদু লোগে হ'হনন শাক'নব'ম ( ওম অসিদ চেঙ্গ খিংন চেনশিল্লকই) [illegible] দেবী ঐহাক [illegible] হুবখো দেবী।

বিমলা — লাক্লে যোগামায়ানা [illegible] লোবা [illegible], ইমা ইমা ঐবু চাউহাক্লো [illegible] ( অসি হায়রুনা ছুরিনা থিংদুনা আত্মাঘাত তৌবা অসিবা মগা [illegible] থবো ওন্থরকপা কৃষ্ণ, মাধবী পমথৎপা মতম অসিদা ওকতগী ঈশৈ )

## ঈশৈ

চাকলে ওসি থমোয় লকাদা
নীংগুমদবা চালয়গী মৈচাক্লা
সজাগী মঙগী তোরকপা ঈবানা
অবা কংগোশোল তিনখ্রে অতিয়াদা
হরাবনা নোকচবি নিয়তী দেবা।
মীথইবা পুন্সি উপাক্তা
নিযতী হীরেন তোংজহনা,
তামথরে ওসি অরান থুডম
মৈতৈ চনু সতী বিমলা।
( মাধবী হিক হিক কাউনা কপই )

কৃষ্ণ — দেবী ঐহাক্কী লমন কোকপিগনি হায়বা অদু অসিরা, মসিদি লমন কোকপিব' নত্তে, কুঞ্জ ঐগী থম্মোয়মুংদা পুন্সি অসিমগী মুৎপা যাররোইদবা নীংগুমদবগী মৈশা লাংহন-বীরথনি দেবী. দেবী ! ( জ্ঞান য়াওদনা কমথরকপা মাধবীনা ইবুংঙো ইবুংঙো হায়না হোৎচিল্লকপা কোনবা—ঈশৈ )

## লোইরবা

ঐনা M/s O. K. Store দা Copyright য়োল্লম্বা, "মাধবী" কৌবা ড্রামা লাইরিক অসি M/s O. K. Store না Shri S Kishorchandra Singh দা অমুক শিন্নখোক্তনা publish তৌরে হায়না তাজরে। অদুবু লাইরিক অসিগী অশেংবা রাইটরদি শ্রীনারায়ণ সিংহ, হোজাইদা লৈবা মুপা অসিনি। মহাক্কী মমিংদা কৌগবীয়ু। রাইটর অসিনা ঐঙোন্দা লাইরিক অসিগী ভার পূম্নমক শিন্নরম্বনি। মহাক্কী দাই ঐনি।

ইতি।

শ্রীমাইবম রামচরণ সিংহ
মোইরাংখোম।

---

N.B.—ভোলুম অসি লিলা শান্নবিগে হায়রবদি পব্লিশরগ উনবিয়ু।

পব্লিশর